# তুলসী মহাত্ম্য

ভাষান্তর কার্ত্তা—
ডাঃ ইবোবী সিংহ

শগোলবন্দ মোইবাংময়ুম লৈরক
ইম্ফাল ১৯৮৫

শ্রীএকেঃ ব্রজবিধু সিংহ গী
ভুমিকাগ লোয়নব।

প্রকাশক :--
দীনতম
ভাষান্তর কর্তা।



অহানবা, খুৎনম, কোপি ১০০০
ইঙেল পূর্ণিমা ১৯০৭ শকাব্দ
জুলাই তাং ৩।৭।৮৫ ইং নিংথৌকাবা।



এম, প্রিন্টিং রার্কস।
তেরাকৈথেল, ইম্ফাল।

মমল লুপা ৭.০

# উৎসর্গ

ইপা হায়বসি ধর্ম্মনি, ইপা হায়বসি স্বর্গনি,
ইপা হায়বসি নীংনফমনি ।
ইপান পেনবিরবদি, লাই পূম্নমক্কসু পেনবা হায়নৈ,
পেনবীয়ু ইপা ইবুঙো ।।
নীংঙমহৌদ্রব নচান, নিংশিংজব ওইন তুলসী মহাত্ম্য,
হাপচগে খুবাক্ত ।
লৌবিয়ু ইপা ইবুঙো, পাঠক বর্গন পাব্রিরগ
ইপা ইবুঙোগী অপ্পান পেনবীয়ু ।।

—নিঙমহৌদ্রব নচা

শ্রী ..............................................................................

লৈফম ..............................................................................

# হীরম লামায়

## য়ারোল অমতং

## শ্রীশ্রীতুলসী দেব্যৈ নমঃ।

তুলসী, সুরসা, গ্রাম্যা সুলভা, বহুমঞ্জরী।
অপেত রাক্ষসী, গৌরী, শূলঘ্নী, দেবদুন্দুভিঃ॥
তুলসী কটুকা তিক্তা হৃদ্যোষ্ণা দাহপিত্তকৃৎ।
দীপনী কুষ্ঠকৃচ্ছ্রাস্র পার্শ্বরুক কফ বাতজিৎ॥
কৃষ্ণা শুক্লাচ তুলসী গুণৈস্তুল্যা প্রকীর্ত্তিতা॥

বেদিক ঋষিশিংন তুলসীবু অম্বুম্ব খঙ্নৈ। মাহাক্কী গুণদি ফক্ন থাব মহাউ লৈ, থবাক, চাকপ, উষ্ণবীর্য্য, ঈ শাগৎপ, ঈগী শক্কক হেনগৎহনব, হকচাংগী মৈ কলহনব অসি লৈ। মসিন যব ওম্বদি লাইথুং ( কুষ্ঠ ) ঈশিংলিকপ, লোক, ঈ ফত্তব, হকচাং নাকন্দ লেংব, ফত্তব হুংশিং অয়াম্ব মাঙ্হনব ঙমই। তুলসী অঙৌব অমুব অনিমক মগুণ চপমান্নে।

অতোপ অতোপ্প লৈবাক্কী মীশিংন তুলসীগী মমিং অম্বুম্ব কৌনৈ। হিন্দুস্থান ( তুলসী ) গুজরাট ( তুলসী ) বোম্বায় ( তুলস) কর্ণাত ( এবেড তুলসী ) বাঙ্গলা ( তুলসী ) আসাম ( তুলসী ) ফরাসী ( রেহান ) আরবী ( উলসী বদরুত ) মহারাষ্ট্র ( তুলস ) তামিল ( তুলসী ) দক্ষিণাত্য ( তুলসী ) মালয় ( শিব তুলসী ) সাউথ আফ্রিকা ( মোসকি উতো প্লান্ট ) ইংরাজী ( হোরাটবাসিল ) লাটিন

( ওসিমম এঃ বা ) মেডিকেল ( হোলি বাসিল ) মণিপুর ( তুলসী ) ( আয়ুর্ব্বেদ দ্রব্যগুণ অভিধান ) তুলসী হাঃবী পাম্বী অসিবু পৃথিবীগী মফুংদ লৈব সভ্যজাতিন খঙ্নদব য়াওদে। মসি করিগীদমক অমসুং করম্ন পুথোকখিবনো হায়রবগী য়ারোল অমন জীবশিংগী কান্নবগীদমক ভগবান শ্রীবিষ্ণুন সমক্রু লৈব মতমদ পুথোকখি হায়ন স্কন্দ পূরান্ন হায় অদুগ গরুড় পূরাণ প্রেত বন্নদন জীবশিংগী কান্নবগীদমক শ্রীবিষ্ণুন মাহাক্কী বীজদগী বনস্পতি অহুমখক তুলসী, হৈগ্রু, মালতী হাযন পুথোক্লুন মর্ত্তদ পাম্বী ওইন হৌহংখি হায়। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্ত পাম্বী অসি মরাং কায়ন হৌবি অমসুং থানরি।

ব্রহ্মদেশকী মফম খুযাম্বদ জঙ্গলদ চাং য়াম্ন হৌই হায়নৈ, মহু মখোয়ন হিদাক ওইন শিজিন্নরি নিতিগী ওইন হকচাংদ কান্নবন মাগী মচুম থকচব অদুগ মনম চিংশিনবতদ অয়াম্ব অনাব, অরুম লাইহৌ, লোক পুন্নমকী মহিক হকচাংদ চংব ঙমদে।

ঐখোগী লৈবাক্কী হিন্দু, বৈষ্ণ সম্প্রদায পুন্নমক্কী মী খুদিংমক্ত তুলসীবু য়াম্ন লুন পূজা তৌহন য়ুম খুদিংগী থানরি। যাগ, যজ্ঞ, শান্তি অমসুং শ্রীবিষ্ণু পূজাদ নত্রগ নিতিগী ইষ্ট পূজা তৌরিব বৈষ্ণবশিংন ভগবান্দ করিগুম্ব কৎপ মতমদ তুলসী পত্র য়াওত্রবদি স্নুকয়া য়াদে মসি থোইন হাযনিঙাই লৈতে ময়াম্ন হেম্ন খঙ্বি-ন্নিবনি। বৈষ্ণব সম্প্রদায়দ নত্তন অতোপ অতোপ্প ধর্ম্ম চৎলিব মীশিংন ফাওবদ তুলসীবু লুন পূজা তৌনৈ। ( কল্যাণ চেকোশুগী

মণ্ডাশুব অঙ্কদ গ্রীককী গির্জ্জার তুলসী থাম্নগ পূজা তৌই হায় অমসুগ প্রশান্ত মহাসাগর মপান্দ হকচাং ফনবগী পার্ক শেম্বদ তুলসী পাম্বী ভাক্ক থাম্নন তুলসী বন হায়ন খঙনবি। মালব লৈবাক্কী মীশিংন চহি খুদিংগী ওইন মেরা থা খুদিংদ তুলসী বিবাহ হায়ন অ.চৌব প্রবন্ধ অম ঙসি ফাওব চথরি।

( ড্রগ অফ হিন্দুস্থান ভো:১ ) দ ইরিবন ম লম পেনেলশুলাগী মীন শিরগ এাগী আত্মা লাম্নবগীদমক মোংফমদ তুলসী পত্র মরাং কাযন চাযথোকনৈ। শ্রীগোপালসহস্রনামগী গোপাল স্তোত্রদ "সর্ব্বাঙ্গে হরিচন্দন" হায়রিব ইবুঙোদ থোল্লিব চন্দন অমসু তুলসী বাঠ্ঠগ তুলসী পত্রগণ নিঙথিন তক্লগ থোকপ চন্দন অমসু "হরি চন্দন" হায়ন কৌই। ইবেম্মবু পূজা তৌবদি ব্রহ্মা, মহাদেবনচিংব লাইশিংনম্সু তত্তন পূজা কৎলি, শ্রীমতি রাধিকান পূজা তৌবগী ৱারী গর্গসংহিতা বৃন্দাবন খণ্ডদ য়াম্ন মিংথিন ইরি গ্রন্থ বাহুল্য কীবদগী মতু হাপচদ্রে।

কলিযুক্ত পাপী পাপী তাপী লানবীনব শ্রীমদ্ অদ্বৈত প্রভুনা গৌতমীয় তন্ত্রগী নারদ ঋষিগী শ্লোক

তুলসী দল মাত্রেন জলস্য চলুকেনবা।
বিক্রীনীতে স্বমাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ।।

মুন্ন খম্নরগ শ্রদ্ধাভক্তিগ লোয়নন তুলসী মঞ্জরী অমসুং গঙ্গা জলত্তন একান্তিক ভক্তিদ ভগবানবু গোলোক্তগী মর্ত্তদ কৌথক্নন

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু হাযন শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত অবতার তৌররিব অসি তুলসীগী মগুন্তননি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত আদি খণ্ড তৃতীয পরিচ্ছেদ তা শন্দোকপ ব্যাখ্যা য়াওরি। ভগবানগী পাম্বদি প্রেম ভক্তিতনি মসিগী থোইদোকপ মরম ভুমিকাদ ফংবিগনি।

লাইরিক মচা অসিবু ইমালোন্দ অনুবাদ তৌজরিব নরাধমদি ভজন, সাধন, মথং মনাওম্ম খঙজদব, বেদ শাস্ত্রনচিংবস্মু কার থোইন লামব ফংজরুব নংচদে; অদুমদি ওইরবদ আদি বৈষ্ণব গ্রন্থকারশিংন ইবিবম্ব শ্রীহরিভক্তিবিলাস, বৈষ্ণব দর্পণ তত্ত্ব রসামৃতজ্ঞান মঞ্জরী, তুলসী মহাত্ম্য, গর্গ সংহিত, স্কন্দ পূরাণ নচিংবদ আদি গ্রন্থকারশিংন কনখৎলি রম্ব সারাংসশিংগী ভাবার্থ ওইন ভাষান্তর তৌজবতনি করি থোইন খঙ্জরুব নংচদে। অপঙ্ব ঐগী উদ্দেশ্যদি ইমা ইবেম্ম তুলসী দেবীগী গুণ মহাম অসি ইমালোন্দ থমজনিংবগী আচ্ছানি।

মক ওইন গ্রন্থ মচা অসি লহবি মঙাথোক্ল খাংদোকচৈ— অহানব লহবি তুলসী মহাত্ম্য অনিশুবদ গীতা অহুমশুবদ তুলসী বিবাহ মরিশুবদ স্থাপন বিধি মঙাশুবন তুলসী কাষ্ঠ মহাত্ম্য। পরিশিষ্টাংশ খরগ বৃন্দা উৎপত্তিগী মরম অদুগ দ্বাশক্ষর মন্ত্র ভজন বৈষ্ণবশিংন নিতিগী তৌগদব তুলসী পূজাগী মরম খরদংগ।

লাইরিকমচা অসিবু ভাষান্তর মতাংদ ঐগী গুরুদেব শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্ম মৈনোয়া লৈরক্ল লৈবন মতেং পাবিখি। অদুগ শংশোধনগী মতাংদ শ্রীফুরাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্ম শয়াং পুত্রি মশাল,

ঐশ্রী মরূপ একেঃ ব্রজবীধু সিংহ সাপম লৈরক্ত লৈ.ব মযাম অসিন অরাব পুবিখিবগী চাওন লমন তোল্লবনি।

অরোইবদ হায়র্জগদবদি জগৎগুরু শ্রীভগবান রাখিরিবশিং অসিগী মফম্দ কৃপা পীবিব ওইসনু। পাঠক বর্গন পাখিবদ মথং মনাও ওন্নব, বানান লানব পূম্নমক নামনি থনবিন্থন মাপ তৌবিগনি নিংজৈ। অশোয় অন্নান পূম্নমক তাকপিরকনি হায়ন আর্চ্ছা তৌজন্নি। ইতি

দীনতম

ভাষান্তর কর্ত্তা

# ভুমিকা

## "ভক্তি" হায়বসী করিনো, অদুগ মীওয়বসিংদ ভক্তিন কানব করিনো"

"ঈশ্বর ভগবানবু অচেৎপ পূক্নীংগ লোযনন নুংশিব অদুবু ভক্তি কৌযি" অস্নুম্ন "শাণ্ডিল্য সূত্রদা" হায ( ১।১।২ )।। নুংশিন, অপাম্বনচিব পূম্ব ভগবান মাগী মফমতদ মওযব অদুবুনী। ঈশ্বরগী মফমদা লন-থুম, মচা-মশু নুঙায যাংফবনচিংবগী দমক্ত হাযজরি-বশিং অদুদী ঈশ্বববুদী নুংশিদব, মান হায়জরিব পোং অদুতদ মনুংশিব, মান পাম্নীব পোংত ভক্তি লৈব কৌযি। ভক্ত প্রহ্লাদন মংথায অদুবু "বনিক" ললোনব হাযন কৌযি। মখোযন ভগবানবু লৌশিল্লগ ললোনব মথল অম ওযন চংথরি। পৈশা থবদংগী হৈ-লা লৈ-শু থব লৈরগ মখোযন পাম্লিব পোং অদু ফংননব হোংনরি।। মসি পোং-চৈদ ভক্তি লৈব কৌযি ঈশ্বরদ ভক্তি লৈব নত্তে।।

নারদ ভক্তি সূত্রদ ভক্তিবু "সাত্বস্মিন পরম প্রেমরূপা" (২) অস্নুম্ন হায। হায়বদী ভগবান্দ পুক্নীং হোংদনা ঐকান্তিক ওযনা নুংশিব অদুতবু ভক্তি কৌয়ি। অদুগ রামকৃষ্ণ পরমহংসন হায়বন "নুংশিব মথল অমনী মশিদদি জগত পূম্বা কাউথোকখিদুনা মশাগী দেহ ফাওবা কাউখি মসিমক ভক্তিনী।" ভক্তি হাযব অসি যাম্না সুক্ষ্ম ওয়ব ঈশাদ অনুভব তৌববুনী মপান্দ শেংনা ফোঙদোকপ যাব পোং নত্তে, মওঙ-মতৌ ইঙ্গিং অমসুং শাজংনা থরদংদী ফোংদোকই।।

নারদ পঞ্চরাত্রদগী লৌখংলগা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদ শ্রীরূপ গোস্বামিনা ভক্তিগী পীরক্লিব সংজ্ঞা অদুদী মশাগী হুন্তায়-য়াইফনব ঙাখল পুম্নমক থাদোক্লগা, অমশুং ভগবানগী সেবা অসুম অসুম তৌরকপনা মশাগী ইন্দ্রি পুম্নমক অমোংপ লৈরকত্রব মতম অদুদ, অদুগুম্ব মক্ত্ব ইন্দ্রিশিং অদুন ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপু ওইরব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌরিব অদুবু ভক্তি কৌযি অসিনী।

শ্রীরূপ গোস্বামিগী মতঙ ভক্তিগী অঙকপ মগুণবু থাগত্তুনা মখাগী অসি হায়রিবশ্মী মাদুদী —ফঙঙমদ্রবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিন আকর্ষণ তৌহুনা, ভক্তশিংন মনাকত পুরকপ ঙম্মী। ভগবান অমসুং ভক্তগ লাপ্নবদী, গোলোকত ভগবান লৈঅদুগ মর্ত্তদন ভক্ত লৈরিবনী, হায়নিঙঙায় লৈতন লাপ্নখ্রবনী অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী আসন ফাউব হাইহনব ঙম্মী। মীওইবগী অশেংব ভক্তি প্রেম অসী ভগবান্না যাম্না পামজৈ মাদু ফংনবগীদমক, মতম পুম্বদা ঈবুঙো মহাক্না খন্দুনত লৈ*। মীওইবন মসিবু কাউথোকতুনা লৈরব অসী ভগবান্দদী যাম্না ৱাই অসুম্ন ॥

ভক্তি হায়বী অসিবু শেংন খরদং খঙনবগীদমক মখল মাপন থোক্ন শ্রীজিব গোস্বামিনা মখাগী অসী হায়রীরশ্মী মাদুদী :—

১। ভক্তি হায়ব অসিনা নহানমুক্কী মপোক্ক তৌখিব অমসুং হন্দক্কিমপোক্ত তৌব পাপ পুম্নমকপু মাঙহনব ঙম্মী॥ ২। মশাদ ভক্তি পোক্লব মী অদুদী অমুকহন্না, ফত্তব পাপকী খবক পুম্নমকপু

---

*ঈশ্বরনা পাম্বদী ভক্তি অদুদনী মাদুদী "ময়ি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে। ভাঃ ১০।৮২।৪৪"। অসীনী মাদুদ

কৈ। হাযবী বাখল পূম্বা থাদোকখি ॥ ৩। ভক্তিন অবিদ্যা পূম্বা মাংহনব ঙম্বগী শক্তি লৈ। জীবশিংন সংসারদ অশাব হন্ন হন্ন ফংলি ব অসি অবিদ্যাননী ॥ মতাঙ্‌ অসিদ, দার্শনিকশিংনা, জ্ঞান লৈতেব মরমদগী অবিদ্যা মাংহনব ঙমদবনী হাযরি। মসিগী পাউখুমদ শ্রীজিব গোস্বামিনা হায ॥ ৪। ভক্তিগী মবিশুব লক্ষণদি জ্ঞান বৈরাগ্যদ মরম পূম্ব (হেতু পুন্নমক) ওযশিনখি। হোংনরুব অমত্ত যাওদন জ্ঞান অমসুঙ বেরাগ্য অতু মথন্নত (উদয) থোকচবকই অসিনী ॥ ৫। ভক্তিগী মঙাশুব মওঙদি নির্গুণ ওইব অসিনী, মহাকতি সত্ত্ব, রজ অমসুঙ তমগুণগী রাংমদনী ॥ ৬। তরুক শুবদ ভক্তিন ওইরিবসি প্রেমসুখগী মশক্নী। মসিগ যেংনরুবদ হেন্ন সুংঙায়ব পীব ঙম্বদি মরোল অহুম্মকত কদাযদসু লৈতে, প্রেমসুখ অতুগী মহাউ অতু ভক্তিন ফংহনবিবগ ভক্তশিংবু অমৃত্ত লোক্ত পুখংপি অমসুঙ পোকপ-শিব নাযব মীওইবনা অমৃত ফংবদী ভক্তিতন পীব ঙম্বনী ॥ ৭। তরেৎশুবদ ভগবানগী স্বরূপ শক্তি খঙব ঙম্মল্লী ॥ ৮। নিপানশুবদা ভক্তিন রতি (প্রেম) পীব ঙম্মী ॥ ৯। মাপনশুবদা ভক্তিগী ফল অতনা ভগবানগী পূক্নিঙদ ভক্তগী মরাদ হুংশিব-চানবিব পোকহল্লী ( ভক্ত-বিষয়ক ভগবৎ প্রিয়তৈক হেতুত্ব )। অম্সুন্ন ভক্তিদগী রতি প্রেম লাক্তুন, ভক্তগী প্রেমন চিংশিল্লক্তুন ভক্ত অমসুঙ্‌ ভগবান অনীগি মরক্ত অশেংব মরী থম্ব ঙম্মী ॥

মতাঙ অসিদ, ঈশ্বরগ জীবগ অনিসী লোয়নহুন তত্তন ,শান্ন-মিন্নব য়াবরা ? রাফম অসিদ, ঈশ্বরদী শক্তি পুন্নমক্নী তুংনফম্মী

অদুগ জীবন মতুগী কুপত্রব মরঁক্রী (সর্ব্বশক্তিমান অমসুং শক্ত ঈশ্বরন চৈতন্যময়নী অদুগ জীবন মাগা অমসুঙ অজ্ঞান পুম্বনী, অস্থম লিশিং লিশিংলক খেন্নর লৈরবস্তু জীবনী ভগবানমক্কী (প্রকৃতী) শক্তিনী, করিগুম্ব অতোপ্প বস্তু অম নত্তে *গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা জীব অসিবু তটস্থ'-শক্তি কৌয়ি; মরমদী জব অসী সংসার মায়া শক্তি অমসুং ভগবানগী দিব্যশক্তি অনীগী তাইনফম মপান্দ মরক্ত লৈ অতুনা তটস্থা শক্তি কৌবনী ॥

গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্মদ, ভক্ত অমসুঙ ভগবান অনীগী মবকত অঙকপগী মওঙদ চান্নব নুংশিনবগী সম্বন্ধ অম লৈ, মাহু ভক্তি হায়ব অসিদগী হৌখিবনী অতুনা, মী অতুগী মশাদ ভক্তিগী মহাউ (ভক্তিরস) যংব ঙমগ্রবদী মৃহাক অদো লোকপগী মহৈ য়াম্বে।

সঙ্করাচার্য্যন অদ্বৈতবাদী ওযজরবস্তু ধ্যান অমসুঙ্ প্রনিধান-চিংব অনুষ্ঠান তৌবদ ভক্তিন মরুনী হায়, মাতুদী মাগী শারীরক ভাষ্যদা (৩।২।৫) ভক্তিতনা ভগবানবু ফংব ঙম্মী হায়রম্মী ।। রামানুজ আচর্য্যনস্থ ঈশ্বর ফংননবগী লম্বীদ, ভক্তিগ লোয়নবা "নিরবচ্ছিন্ন মনোবৃত্তি" লেপ্প লৈতনা ঈশ্বরবু কাউদ্রবতদ মাবু ফংবঙম্মী অসিমী।

মতাঙ অসিদ গৌড়ীয় বৈষ্ণবসিংন ভক্তি প্রেম ফং-নবগীদমক আচরণ তৌবগী মওঙ তাকলিব অতুবু প্রণালিকা হায়ন কৌবতনী ।

---

*ভগবান্দী সর্ব্বশক্তিমান ওয়ব মরম্মা সাকার অমসুঙ নিরাকার অনীমক ওয়ব ঙম্মী ।।

মাতুগী ৱাফমদ শ্রীজিব গোষামিন "প্রীতিসন্দর্ভগী" ১০ শুব অনুচ্ছেদদ বর্ণণা তৌবিন্নম্মী মাতুদী :—

**বৈকুণ্ঠস্য ভগবতো জ্যোতিরংশ ভূতা বৈকুণ্ঠলোকশোভারূপা যা অনন্তা মূর্ত্তয়ঃ তত্র বর্ত্তন্তে, তাসামেকয়া সহ মুক্তস্যৈকস্য মূর্ত্তিঃ ভগবতা ক্রিয়ত, ইতি বৈকুণ্ঠস্য মূর্ত্তিরিব মূর্ত্তির্যেষামিত্যুক্তম**

হায়বদী— শ্রীভগবানগী ধামদ, ভগবানগী নাক্ত সেবা চংব য়াব মশিঙ লাকঙমদ্রবা মূর্ত্তি কয়া মমাঙৈঙদগী ফৌনা অস্থম লৈরক্লি। হায়বিব মূর্ত্তিশিং অসী ভগবানগী "জ্যোতি" মঙালগী অংশ ঙাক্কনী, মখোয় অদু ভগবানগুম্ব অপ্রাকৃত চিন্ময় ঙাকতনী। ভগবানগী বৈকুণ্ঠলোকত, মশীং লাকঙমদ্রব অদুগুম্ব মূর্ত্তিশিং অদুন নীংথিন ঙান্দুন ফজহল্লি। হায়খ্রিব মূর্ত্তিশিং অসিবু পার্ষদদেহ কৌয়ি, মসি নিত নী সিদ্ধদেহনী।। কনাগুম্ব জীব অমন ভক্তিবু আচবণ তৌবদ, ভক্তি অদুন মুল্লব্রব মতমদ নোংমতং মহাক্ত সংসার থাদোকপ (মৃত্যু) অদুদ উৎক্রান্ত মুক্তি ফংই; মতম অদুদ ভগবানগী নিঙবগী মতুঙইন্না জীব অদুন, পামজব মূর্ত্তি অদু ফংহনবী মসিবু পার্ষদদেহ ফংব কৌয়ি।

মসিগী মতাঙ দ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখমক্ত মনায অর্জ্জুনগী-মফমদা তাকপিখী মাতুদী :—

**যং যং বাপি স্মরণ্ ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম্।**
**তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিতঃ॥** (গীতা ৮।৬)

মথৎ৺ী রাক্সম অ৺দ থাজব, অ৺াম্ব, অমসুঙ প্রেমগ পৌয়নন ভগবানগী সেবাবু তন্তুন ফংনিংলব সাধক ভক্তশিং অত্থন মথক্ত হায়খ্রিব পাষদদেহ অত্থবু খঙনীংলব অসম্ভুঙ পাষ্টবদী সংগুরুগী মফমদগী সিদ্ধ প্রণালী অত্থ ফংব ঙম্মী। মাত্থন সাধকশিং অত্থগী সিদ্ধ দেহ অত্থগী পরিচয়দী ভাব তরামাথায়নী মাত্থদা—

নামরূপ বয়োবেষম সম্বন্ধ যুথ এবচ
সেবা অজ্ঞা পরাকাষ্ঠা পাল্যদাসী নিবাসক॥

( শ্রীধ্যানচন্দ্র পদ্ধতি )

অসিগুম্ব রাক্সমশিং অসী সাধকশিংন শাংশন গুরুগী মফমদগী পাউতাক কয়াগ লোয়নন তাকপিরকই। সাধক অত্থনা গুরুন তাকপিরক্লীব অত্থবু কল্পনানী হায়নন থন্দব মবমদগী মা। পামজন অত্থ সর্ব্ব অন্তর্যামী ভগবান্ন ফংহনবী মশীঙ নায়মুব জীব থুদাংনক ভগবানগী দাস ওাক্রনী, মথোয় থুদী মক্তী ভগবানগী নাক্ত সেবা য়াব দেত্থ অমমম শ্রীধামদ লৈব ওাক্রনী, অত্থগুন দেহ অত্থ ভক্তি প্রেমতন মবম ওয়ত্থন ফংব ঙম্মী॥ মতৌ অম্মুম ভক্তিন মুল্লব ভক্ত অত্থগী মগুণ অত্থ থাগৎলত্থন ভগবান মহাদেবন নারদগী মফমদ হায়খী মাত্থদী ঃ—

নারদাহমিদং মন্যে তাদৃশানাং যতঃ স্থিতিঃ।
ভবেৎ স এব বৈকুণ্ঠোলোকো নাত্র বিচারণা॥
কৃষ্ণভক্তিসুধাপানাদ্দেহদৈহিকবিস্মৃতেঃ।
তেষাং ভৌতিকদেহেঽপি সচ্চিদানন্দরূপতা॥

বৃহদ্ ভাঃ ১।৩ ৬০-৬১

অর্থ ঃ—হে নারদ ! অদুগুম্বা ভক্তশিং অদুদী মর্ত্তলোক্ত লৈজরম্সু বৈকুণ্ঠদ লৈবিবশিং অদুদগী তোম্বব লৈত্রে হায়ন ঐগী পুক্নাদ খল্লী, মরমদী অদুগুম্ব ভক্তশিং অদুনা লৈবিব মফম অদু ক বৈকুণ্ঠ লোক্নী; হায়রিব মরম অসিদ শাস্ত্র প্রমাণ পীদুনা বিচার তৌকবন করিস্সু কান্নব ওয়রোই। মখোয় অদুদী শ্রীকৃষ্ণভক্তিগী অমৃত পান তৌখিব মবন্ন সংসার বিষয় ভোগ তৌবনচিংবদ খল্লুব লৈত্রবনীন মখোযগী ভৌতক দেহ অদুস্সু সচ্চিদানন্দরূপ ওয়বগী মওঙ্দ চিংগ্রে ॥

ভক্তগী দেহন নিগুর্ণ ওযবগী মওঙদ ঃ—

"জহুগর্ণময়ং দেহং" (ভাঃ ১০। ২৯। ১০) হায়ব শ্লোক্কি টিকাদ শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়খি—অয়মত্র বিবেকঃ···· শ্রদ্ধাদয়ো নিগুর্ণা গুণময়াশ্চেতি প্রদর্শযতা···ইত্যনেন ভক্ত্যেব গুণময়াদিবস্তূনাং নাশ এবোক্ত ভগবতা ॥

অর্থ—জ্ঞানী, যোগী, কর্ম্মীনচিংবশি অসদী, অমত্ত নিগুর্ণ ওযব নত্তে, শ্রীভগবাণগী মফমদ শরণাগত তৌদুন লৈখ্রব ভক্তশিং অদুতন নিগুর্ণ ওয়। মসিগী ম্বাফম্সু ভগবান্ন মনায় উদ্ধবকি মফমদ ( ভাঃ ১১। ২৫। ২৬) "নিগুর্ণো মদপাশ্রয়ঃ" অস্মুন্ন শ্লোক্ত তাকপিখি। প্রমাণ অসিদ শ্রীচক্রবর্ত্তীন তাকপিরি মাদুদী ঃ— গুরুগী উপদেশ প্রণালী ফংবদগী ভক্তশিংগী নাকোংদ শ্রবনাঙ্গ ভক্তি, চীন্দ কীর্ত্তনাঙ্গ ভক্তি, পুক্নীঙদ স্মরনাঙ্গ ভক্তি, হকচাঙ পুম্নমক দণ্ডবৎপ্রনতিরূপা ভক্তি, অমম্মুঙ খুৎন ভক্তিগ লোয়নন ভগবাণগী পূজানচিংব তৌয়ি

হায়বতুন, হায়বদী শ্রীগুরু কৃপাদগী ভক্ত অতুগী হকচাং পুম্নম ভক্তি অনুষ্ঠান তৌরি হায়তুন ভক্তগী দেহদী নির্গুণ অদুম ওয়ক্ষকই॥ অমুমত্তৌন ভক্তগী মশাদ ভক্তি প্রেম মপুং ফারক্লব মতমদ মাগী দেহদসু নির্গুণ ওয়॥

ঋাহং অমনা ভক্তগী দেহবু গুণাতীত ওয় হায়ম খঙলিবশিং অতুন কবি লাভ লৈ? অতুগ মায়িকনী হায়রিবশিং অতুন অমাঙব কবি লৈ? নির্গুণ দেহেদ ব্যাধি লায়না পক্লিব করিগীনো?

পাউখুম—গুণাতীতনি হায়ব ভাবনা সংশার নাশ ওয়বনী অতুগ গুনময়নী খল্লগন সংশারবৃদ্ধি অমসুঙ নবক্তি লম্বীদ চঙশিনবনী। সংশাব বৃদ্ধি ওয়রবদি ভক্তগী মশাদ শ্রীভগবাণগী মায়াদগী ব্যাধিনচিংব অসী সৃষ্টি তৌয়ি, মসি ভগবানুগী পরিক্ষা তৌবনী॥ খুদমদী সনাতনগী মশাদ কৃষ্ণকণ্ডু হায়ব লাঈনা পকখিব অতুনী; অতুবু সনাতনগী মপুং ফারব ভক্তি অতু উবদ ভগবান গৌরাঙ্গনা আলিঙ্গন তৌবিতুন খুদক্ত কোকহনখি।

রাকম অমন শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মতাঙদনী। আচার্য্য ঠাকুরন, কলিগী জীবশিংন অমোংপ পাপকী থবকত তৌদ্রন লৈখা তারকপ অমসুঙ ভক্তিগী মরাক অমত্ত লৈরকতব অসী উবদ জীবশিংগী ফন-বগীদমক থমোয় শোক্ল খনবিখী। মতুদী ভগবান মশামক্ত লেঙ-থরক্লগ জীবশিংদ ভক্তি আচবন তৌব তম্বীত্রবদী উদ্ধার তৌব ঙম্লরোয় হায়ন। করম তৌরগ ইবুঙো মহাকপু মর্ত্তলোক অসিদ অমুকতং পুথরকপ (অবতরণ) ঙমগদগে হায়ন থমোয় শোক্ল অসুম খনবদ "গৌতমীয় তন্ত্র" গী দেবর্ষি নারদন হায়খিব শ্লোক অসী নীঙশিং-লকখি, মতুদী:—

তুলসীদলমাত্রেণ জলস্য চুলুকেন বা
বিক্রীণিতে স্বমাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ ॥
( গৌতমীয়তন্ত্রে ১১।১২০ )

মথক্কী শ্লোক অসী নিঙশিংলব্রব মতমদ শ্রীঅাদ্বৈতন শ্লোক অতুগী মুংগী ওয়ব রাফম অহু অমুম বিচার তৌরকই মাহুদি ঃ— শ্রীকৃষ্ণন থল্লি, তুলসীগ জলগ ভক্তিগ লোয়নন কৎলক্লিব মী অসিগী লমন কমদৌন শিংগনি—জল–তুলসীগ মান্নব লনদী ঐগী যুমদ লৈত্রে ; অহুদী ঐগী ঈশা অসিমক মৃডোন্দ য়োন্থোক্লগ লমন শিংলগে অমুম ॥

রাফম অসিদ লেপ্লহুন শ্রীকৃষ্ণগী পাদপদ্মবু অাচেৎপ ভক্তিগ লোয়নন তত্তুন থন্দূন গঙ্গাজল তুলসী-মঞ্জরীন অতৎপ লৈতন পূজা কৎচবদগী ভগবাণ (শ্রীগৌরাঙ্গ ওহন অবতার তৌখি। ( রাফম অসী চৈতন্য চরিতামৃতগী মঙ্গলাচরণগী ওয় পরিচ্ছেদদগীনি )। মসিমক ভক্তিগী শুন্নী। অহু ওয়রবদি ভক্তি হায়বী অসি ভগবাণগী অপাম্ব পোৎশক্লা? মান্নী, য়াম্ন পামজব পোৎনী মসিন জীবশিংদমু অমৃতরস ফংহল্লী মাহুদী ঃ—

ময়ি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে।
দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ ॥
( ভাগ ১০।৮২।৪৪ )

শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি লৈরিব প্রাণীশিং অহুদী অমৃতরস ফংবগুম্বনী। ঐবু ( কৃষ্ণ ঐবু ) মথোয়গী শুয়ন লৌশিনব গুম্ব, ঐবু মুংশিবগী পুকচেল চেল্লিব মথোয় অহুগ মান্নন লায়বক কব অতৈ অম লৈত্রে ॥

মতৌ অম্মুন্ন ভক্তি অংস্মুগু ভক্তিবু আচরণ তৌন্দিব ভক্তবু ভগবাণমক্ক ঙ্গংশিব অমস্মুগু থাগংপগী ব্রাফম কয়া উপনিষদ অমস্মুগু পুরাণ কয়াদ য়াউরম্মী। মসিদ ঈশান হাযজনিংব অমন—শ্রীবৃন্দাগী মগুন্দী য়াম্ন চাউখ্রে, হাযত্নুন লোইব লৈতে, ফগুঙমত্রব ফল খুদীংমক ফং-হনব ঙম্মীনি অত্তু ওযত্নুমম্মু ভক্তিগ লোয়নন অনুষ্ঠান তৌত্রবদী মহৈ য়ানগনী হায়ন খঞ্জদে। মরম অসিদগী সংশারগী কর্ম্ম পূম্নমক্কী মরুমদ লোত্তু়ন লৈরিবী, মশকস্মু উব ফংত্রবী ভক্তি দেবীগী গুণবু অপঙব মনায়ন খরদঙ শীংথাজবনী। ঐদী অপঙবনী, অংশায়-অঙাম কয়া শোয়দনা থেংনবিগনি, অহুবু হংসক্রুতা গুম্নব পুকচেল চাউরব পাঠকশিংন, করিগুম্বদ অচুম্ব মরীক অমত্তুও য়াউরমত্নুন, মহুবু লৌখং-পিত্রবদী নীঙজব মহৈ য়ানগনী হায়ন খঞ্জে॥

ভক্তগী—

মনায়গী মনায় ওয়ৱজগে খঞ্জব

শ্রী এ, কে, ব্রজবিধু সিংহ

# শ্রীতুলসী মহাত্ম্য

স্কন্দ পুরাণে :—

সর্ব্বৌষধি রসনৈব পুরাহ্যমৃত মন্থনে ।
সর্বব সত্বো পরোকায় বিষ্ণুনা তুলসীকৃতা ॥১॥

স্কন্দ পুরানদ হায়রি :—

মমাংঙৈ মতম অমদ দেব দানবশিংনা সমুদ্র নৈথি, মতম অদুদ অমৃত, হিদাক কয়াগ লোযনন জীবশিংগী হিংনবগীদমক ভগবান শ্রীবিষ্ণুন অয়াম্বা গুন্ন ভিল্লবী তুলসী দেবীবু পুথোকখি ॥১॥

ন বিপ্র সদৃশং পাত্রং ন দানং সুরভী সমং ।
ন চ গঙ্গা সমং তীর্থং ন পত্রং তুলসী সমং ॥২॥

ব্রহ্ম মশক থঙ্‌ব ব্রাহ্মণগ মান্নব মতীক চাব পাত্র লৈতে, যণবী দান তোবগা মান্নব দান লৈতে, গঙ্গাগ মান্নব তীর্থ অম লৈতে মতৌ অসিগুম্ন শ্রীহরিদ কৎনব তুলসী পত্রগ মান্নব অতোপ্প পত্র অমমুক লৈতরে ॥২॥

অভিন্ন পত্রাং হরিতাং হৃদ্যমঞ্জরী সংযুক্তাং ।
ক্ষীরোদার্ণব সম্ভুতাং তুলসী দাপয়েদ্ধরিং ॥৩॥

ক্ষীর সমুদ্রদগী পোকখ্রবী তুলসী মঞ্জরী অশংব শেগায়দব মনা পানব ভগবান শ্রীহরিদ কৎচরব মী অদু অরাব পুদোংথীবদগী কোকই ।

শেগাযদব তুলসী পত্র শ্রীহরিদ কৎবনি। শেগায়ব লৈখোম তৈব অমুবব পত্র করিগুম্বদ শ্রীহরিদ কৎলোইদবদি ॥৩॥

তথাচ নারদীয়ে :—

তাবদ্‌ গর্জ্জন্তি পুষ্পাণি মালত্যাদিনি ভূসুর।
যাবন্ন প্রাপ্যতে পুণ্যা তুলসী কৃষ্ণ বল্লভা ॥৪॥

মালতীনচিংবী লৈশিংন চাওথোকচে, অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা পাম্নবী তুলসী ফংলবদি মথোয়গী চাওথোকচবদু লৈখিত্রে হায়বদি তুলসী পত্রন হেল্লি হায়বনি ॥৪॥

যথা বিষ্ণুরহস্যে :—

কৃষ্ণা ব্যাপ্যথবা কৃষ্ণা তুলসী কৃষ্ণ বল্লভা।
সিতা ব্যাপ্যথবা কৃষ্ণা দ্বাদশী কৃষ্ণ বল্লভা ॥৫॥

থা পালথংলকপ অমদি থাশিরমদাইগী দ্বাদশী তিথি অনি অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নুংসিংনি। অদুগুম্ন তূলসী অঙোবী অমুবী অনিমকপু শ্রীকৃষ্ণন য়াম্ন পামজবা পোংনি ॥৫॥

তাবদ্‌ গর্জন্তি রত্নানি কৌস্তুভাদীন্য হর্নিশং।
যাবন্ন প্রাপ্যতে কৃষ্ণা তুলসী পত্র মঞ্জরী ॥৬॥

শ্রীনারায়ণ থবাক্ত লৈত্তেং ওইব কৌস্তুভ মনি পুম্বন মাগী মাগী কজবদ চাওথোকচৈ, অদুগুম্ন তুলসী অমুবী মনা মঞ্জরী কোয়বন

শ্রীনারায়ণগী অঙ্গদ থোনবদ ফজব অহুন কৌস্তুভনচিংব মনিগী নাং,ঙ পুম্বা মাঙই ॥৬॥

তথৈব আগস্ত্য সংহিতায়াং ঃ—

পূর্ব্ব মুগ্র তপঃ কৃত্বা বরং বব্রে মনস্বিনী।
তুলসী সর্ব্ব পুষ্পেভ্যঃ পত্রেভ্যোঃ বল্লভ্যোততঃ ॥

মমাংঙৈদ তুলসী দেবীন পুক্লিং অনী লোঙ্দন অকনব তপস্যা তৌজহুন ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তগী বর ফংজখি অহুদগী তুলসীন লৈশিং অমসুং পত্রশিংদগী অথোইব ওইখি। ভগবান শ্রীবিষ্ণুন খ্বাইদগী হেন্ন অপাম্ব ওইখি। মবোল অহুম্মক্তা শেংলিব পোং মখল খুদিংমক্কী মম্নুংদগী তুলসী পত্রন শ্রীনারায়ণগী খ্বাইদগী হেন্ন অপাম্ব পোংশক্লী ।৭॥

পদ্ম পুরাণীয় বৈশাখ মহাত্ম্যঃ—

সর্ব্বসাং পত্রজাতীনাং তুলসী কেশব প্রিয়া।
সর্ব্বথা সর্ব্বকালেব্ তুলসী বিষ্ণু বল্লভা ॥৮॥

মনা পানবা পূম্নমক্কগী তুলসীবু শ্রীকৃষ্ণগী পামজবীনি। মফম মতম পূম্নমক্ত তুলসী শ্রীবিষ্ণুগী চান্নবীনি ॥৮॥

কার্ত্তিক মহাত্ম্যে উত্তর খণ্ডেঃ—

তুলসী পূজায়াঃ ময়া বক্তং ন শক্যতে।
অত্যন্ত বল্লভা সাহি শালগ্রাম বিধেহরে ॥৯।

তুলসী পত্রন পূজা তৌবী মতিক মগুণ শিংথাব হায়না ঙমদ্রে হায়নিদোগ লেপ্পন পেনবী মশক্তি অসিগুম্বী পত্রসি শালগ্রামগী লেবা বিষদ চংনদা ংচাই লৈতন কান্নবানি ।৯।

পাতি ব্রতেন বৃন্দাসৌ হরিমারাধ্য কর্ম্মনা।
সর্ব্ব জন্ম স্যসৌ লোভে কৃষ্ণ সংযোগ মুত্তমং ॥১০॥

মহাত্মক্কী মপোক্ত পাতি ব্রতগী মশক ওইব ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্মন শ্রীহরিবু নীঙ শিংনন মথংগী মাপোক শ্রীহরিগী হকচাংদ তিন্নজিনবর ফংখিবন মতম পুম্নমক্ত শ্রীহরিগ থানব লৈতন লৈখি। মসিনম্ভু মবম অম ওইহুন শালগ্রাম শিলাগ তুলসী পত্রগ থানব যাদে ॥১০॥

উত্তর খণ্ডে বৃন্দোপখ্যানে :—

সত্ত্বং প্রীতিকর নাকা কোপন্তুস্যাস্ত তামসী।
ভক্তদ্বসং হরের্জাতং যদ্বর্দ্বয়ং হ্যভূৎ ॥১১॥

শ্রীহরিগী পেন্নবাক হায়খবদগী নংগী পত্রনা অংগীম ওইখ। অংনাপ্প তামন পাতিব্রত থগায হায়বগী হরিদ শাওক্তদগা তুলসী মনা অমুব ওইখি। মনম অসিদগী তুলসী অচৌব অমসুং অমুব অনী থোকখি। অনী খোক্লব তুলসী পত্রন শ্রীবিষ্ণুগী অপাম্ব পোৎশক অমা ওইখি। অনিমক্কী ভাব অত্ত শ্রীহরিনা পূজনা লৈখি।

শ্যামাপি তুলসী বিষ্ণোঃপ্রিয়া গৌরী বিশেষতঃ ॥১২॥

অপিচ :— তুলসী অমুব অসি শ্রীবিষ্ণুগী অপাম্বা পোৎনি অহুবু তুলসী অচৌবন শ্রীহরিন য়াম্ন হেন্ন পামই। পত্র অনিমক হরি পূজাদ থাই দাক্ক কান্নব অংথোইব পোৎলম অমনি ॥১২॥

তথাচ স্কান্দে :—

নিরস্য মালতী পুষ্পং মুক্তা পুষ্পং সরোরুহং।

গৃহ্ণাতি তুলসীং শুষ্কামপি পর্য্যুষিতাং হরিঃ ॥১৩॥

খাইদগী অথোয়বা মালতী কোর্বী লৈ, মুক্তামপাল অমসুং কজবী খম্বালবু থাদোক্লগা শ্রীবিষ্ণুন অকংবা তুলসী পত্রবু কংপদ পুক্লিং পেয় লৌই ॥১৩॥

তথৈব পাদ্মে মাঘ মহাত্ম্যে :-

মণি কাঞ্চন পুষ্পানি তথা মুক্তা ময়ানিচ।

তুলসী পত্র দানস্য ফলং নাহ'ন্তি ষোড়শাং ॥১৪॥

মনি, সনা, লৈ,( কুসুম ) অমসুং মুক্তাগুলিব পোং কয়া শ্রীভগবান্দ কংপগী ফংব মহৈ অদু তুলসী পত্র কংপগী শরুক তরাগুরুকী শরুক অমগ মাম্নদে। পদ্ম পুরাণগী মাঘ মহাত্ম্যদ প্রমাণ অসি হায়খরে ॥১৪॥

অপ্ররার্ক অগস্ত্য সংহিতায়াং :—

নিলোৎপল সহস্রানি ত্রি সন্ধ্যাং যোহচ'য়েদ্ধরিং।

ফলং বর্ষ' শতেনাপি তদীয় মেব লভ্যতে ॥১৫॥

কমলাগুলন থাজাল অশংব লিশিং অমমম সন্ধ্যা অহুমদ চহি চাম চুপন কংতুন শ্রীহরিগী পূজা তৌব অদু তুলসী পত্র অমত্তন শ্রীহরিবু পূজা তৌবন মহৈ হেয় ফংই। মসি অগস্ত্য সংহিতাগী রাকমনি ॥১৫।

বিষ্ণো শিরসি বিনস্ত মেকং তুলসী দলং ।
অনন্ত ফলদং বিদ্বান মন্ত্রোচ্চারণ পূর্ব্বকং ॥১৬॥

লাইরিক হৈবা মীন শাস্ত্রগী মন্ত্রন উচ্চারন তৌদুনা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী কোক তুলসী পত্র অমত্তং কৎপগী মহে লোইব নাইত্রব মহৈ ফংই ॥১৬॥

তথাচ নারদীয়ে :—

বর্জ্জ্যং পর্য্যুষিতং পুষ্পং বর্জ্জ্যং পর্য্যুষিতং ফলং।
ন বর্জ্জং জাহ্নবী তোয়ং ন বর্জ্জ্যং তুলসী দলং ॥১৭॥

শ্রীহরিগী পূজাগী মতমদা লৈমলচনব লৈ হৈমনচনব উহৈ থাদোকদবনি গঙ্গাজল অমসুং তুলসি পত্রদি থাদোকফদে ॥১৮॥

তথাচ পাদ্মে :—

শ্রীমত্তুলস্যাৰ্চ্চয়তে সকৃদ্ধরিং পত্রৈঃ
সুগন্ধে বিমলৈর খাণ্ডতৈঃ।
যত্তস্য পাপং পটসংস্থিতং প্রভুর্নিরীক্ষয়িত্বা
মৃজতে স্বয়ং যমঃ ॥১৮॥

মী মহাক অত্তুন তক তক্কব মনম সুংশিরব শেগায়দব তুলসী পত্রন অমুক্তং শ্রীহরিবু পূজা তৌজগ্রবদি চিত্রগুপ্তন বইদ ইশিনখিব মাগী পাপকী মপৈ অত্ত মম মশামক্ত মাংমক্তদ মী অত্তুগী বইদ ইগ্নিমত্থ মুথংতুন লংথোকখি। হায়বদি মী মহাক অত্থ পাপকী মহৈ অমক্ত কংহন্দে ॥১৮॥

ব্রহ্ম পুরাণে :-

তুলসী দল লক্ষেণ যোহর্চ্চয়েদ্দারকা প্রিয়ং ।
জন্মাবৃত সহস্রানাং পাপস্য কুরুতে ক্ষয়ং ॥১৯॥

মী মহাক অহনা দ্বারকা পতি ভগবানবু তুলসী পত্রন পূজা তৌজপ্রব মী অহন লোইব নাইত্রব মপোক তৌখিব পাপকী মপৈ অহু মাঙহন্‌ব ঙমই ।।১৯ ।।

ব্রহ্ম পুরাণে যথা : -

লিঙ্গমভ্যর্চ্চিতং দৃষ্টা প্রতিমাং কেশবস্যচঃ।
তুলসী পত্র নিকরৈ মুচ্যতে ব্রহ্মহত্যাতঃ ॥২০॥

মী মহাক অহনা থাঙ্গেশোনা শ্রীবিষ্ণুগী লিঙ্গ শালচক্রদ অমদি বিষ্ণুগী প্রতিমাবু তুলসী পত্রন পূজা তৌজপ্রবদি পূজা তৌরিব মী অহনা মশান খঙন তৌখিব ব্রহ্মহত্যাগী মহাপাপগী কোকপ ঙমই মসিদা করিশু চিংননিঙাই লৈতে ।।২০ ।।

নিত্যমভ্যর্চ্চয়েদ্যস্ত তুলস্যা হরিমীশ্বরম্ ।
মহাপাপানি নশ্যন্তি কিং পুনশ্চোপপাতকম্ ॥২১॥

মী মহাক অহন মুমিৎ খুদিংগী তুলসী পত্রন পরমেশ্বর শ্রীহরিবু পূজা তৌজরবদি মপোক মপোক তৌখিব পাপকী মপৈ পুমনক কোকপ ঙমই। মমক তৌব পাপতি করি ছায়গনি ।। ২১ ।

মী খুদিংমক্না মতম অমমদ তুলসী পত্রগ শ্রীহরিবু পূজা তৌজরব মী অদুন তীর্থ চংপদি অরেম্বদ মতম শাংহনব ওইনা লৈকই। হায়রবদি শ্রীহরিদ তুলসী কংপন তীর্থ চংপদগী ফল ফাম্ন হেন্ন ফংই ।। ২৫ ।।

তথাচ গারুড়ে :—

তুলসী দল মাল্যেন বিষ্ণু পূজা করোতি যঃ।
পত্রে পত্রে অশ্বমেধানাং দশানাং লভতে ফলং ॥২৬॥

তুলসী পত্র পরেংন শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌজরব মী অদুনা মমা খুদিংগী অশ্বমেধ যজ্ঞ তরারক তৌবগী মহৈ ফংই ।।২৬।।

তথাচ কাশী খণ্ডে :—

শালগ্রাম শিলা যেন পূজিতা তুলসী দলৈঃ।
স পারিজাত মালাভিঃ পূজ্যতে সুরসদ্মনি ॥২৭॥

মী মহাক অদুন তুলসি পত্রন শ্রীহরিগী মশক ওইব শালগ্রাম শিলাদ পূজা কংচরবদি মী অদুন স্বর্গ ফংদুন পারিজাৎ কৌব লৈ পরেংগ লোয়নদুন মী অদু লাইগী যুম খুদিংদ লাইশ্নাম অভ্যর্থনা তৌই হায়রবদি সম্মান তৌই ।। ২৭ ।।

মঞ্জরীদল সংযুক্তা তুলসী সম্ভবৈ কিতৌ।
কুর্বন্তি পূজনং বিষ্ণোস্তে কৃতার্থাঃ কলৌ নরাঃ ॥২৮॥

পৃথিবীদা পোক্লিব মী পূম্নমক তুলসী পত্রগ লোয়নব মঞ্জরীন ভগ-বান শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌজরব মখোয় অদু কৃতার্থ ওইরে পোকপগী

মহৈ য়াম্লে। হায়রবদি মশাদ পুন্যগী শরুক ভাক ওইরে। পাপকী শরুক য়াওদরে।। ১৮।।

তথাচ গারুড়েঃ—

তুলসী পত্র মালায় যঃ করোতি সমাৰ্চ্চনং।
ন পুন র্যোনি মায়াতি মুক্তি ভাগী ভবেন্নর ॥২৯॥

ভগবান শ্রীবিষ্ণুমক্ক য়াথং অসি পীবিথী। মহুদি মী অহুন তুলসী পত্র পুরকুন ঐবু নিংথিন পূজা তৌথ্রবদি মহাক অহু মুক্তি ফংই অমুকহন্না করিগুম্ব মপোক অমদপোক্তরে।। ২৯।।

তথাচ পাদ্মে দেবহূতি কুণ্ডল সংবাদঃ—

তুলসী মঞ্জরী ভির্য্য কুর্য্যাদ্ধরিহরাৰ্চ্চনং।
ন স গর্ভ গৃহং যাতি মুক্তি ভাগী ভবেন্নরঃ ॥৩০॥

তুলসি মঞ্জরীন শ্রীহরি, হর মহাদেববু পূজা তৌজগ্রব মী অহুন অমুক হন্না মমাগী—গর্ভ মনুংদ চঙব তৌজ্রে। অমুক পোক্রে ॥ ৩০।

তথাচ পাদ্মেঃ—

তুলসী কৃষ্ণ গৌরভা তয়াভ্যর্চ্চ জনার্দ্দনং।
নরো যাতি তনুং ত্যক্তা শাশ্বতীং বৈষ্ণবীং গতিং ॥২৩॥

তুলসী পত্র অমুবব ওইরবস্থ অঙৌবব ওইরবস্থ মী মহাক অহুন শ্রদ্ধা ভক্তিগ লোয়নন ভগবান জনাৰ্দ্দনগী পূজা তৌজগ্রবদি হকচাংগ পুনব থাদোকুন লেংজ্রব শ্রীবিষ্ণুপদ ফংহুন গতি হান্নব অহু ওই। শ্রীঅঙ্গদ তিনখি ॥৩১॥

যাগতি যোগ যুক্তানাং যাগতি যজ্ঞ শীলানাং ।
যাগতি দান শীলানাং যাগতি তীর্থ সেবিনাং ॥৩৫॥

যাগতি মাতৃ ভক্তানাং দ্বাদশী বেধ বর্জ্জিনাং ।
ফলংমত মহীপাল লভতে নাত্র সংশয় ॥৩৬॥

হে নিংথৌরেন ! হিংলিবমথৈ যোগ সাধনা তৌহূন ফংব মহৈ যজ্ঞ তৌহূন দখিন দান তৌবগী মহৈ তীর্থনম লৈতন থম্মোই শেংন তৌব দান বেধ লৈতব দ্বাদশী ব্রত তৌবগী ফল পুন্নমক অসি লোইন তুলসী পত্রন শ্রীহরিদ কৎচবগী ফলগা চপ মান্নন ফংই মসিদ চিংননিঙাই লৈতে ॥৩৫॥৩৬।

তথাচ গারুড়ে :—

কার্ত্তিকে তুলসী দান মহাত্ম্যে যথা :—

গবাম যুত দানেন যৎ ফলং লভতে খগ ।
তুলসী পত্র কৈকেন তৎ ফলং কার্ত্তিকে স্মৃতঃ ॥৩৭॥

হে গরুড় ! যন মখোম থোকপী লাখ অম দান তৌবগী মহৈ অহু মের থাদ শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দ ভক্তিগ লোয়নন তুলসী পত্র কৎচরবদি মথক্কী মহৈশিং অসি ফংই ॥ ৩৭ ॥

তথাচ স্কান্দে ব্রহ্মা নারদ সংবাদে :—

তুলসী দল লক্ষেণ কার্ত্তিকে যোহর্চ্চয়েদ্ধরিং ।
পত্রে পত্রে মুনি শ্রেষ্ঠ মৌক্তিকং লভতে ফলং ॥৩৮॥

ব্রহ্মান নারদদ হায়খি :—হে নারদ মুনি অথোইব মেরা থা চুপা শ্রীহরিদ ভক্তিগ লোয়নন তুলসী পত্র লখা অমন সেবা পূজা তৌজরব মাব কৎখিব পত্র খুদিংগী মুক্তি ফংই ॥ ৩৮ ॥

তুলসীদল পূণ্যানি যে যচ্ছন্তি জনার্দ্দনং।
কার্ত্তিকং সকলং মাসং পাপং জন্মাযুতং দহেৎ ॥৩৯॥

হে:—নারদ! মেরা থা চুপ্পা মী পুম্নমক শ্রীজনার্দ্দন শ্রীকৃষ্ণ তুলসী পত্রন পূজা কৎচরবদি মচুগী মহৈ অচুন মুরম ওইচুন মপোক অযুত অমদ তৌখিব পাপ অচু থুদক্ক মাংই ॥৩৯॥

ইষ্টিক্রেতু শতৈঃ পূর্ণৈর্দত্বারত্নৈনা নেকশঃ।
তুলসী দলেন তৎ পূণ্যং কার্ত্তিকে কেশবার্চ্চনাৎ ॥৪০॥

যাগ যজ্ঞ চাম-চামরক তৌবগী মহৈ মনি মুক্তা মপৈ মপৈ কৎপগী ফংব ফল অচুক মেরা থা অমদ ভগবান শ্রীকেশবপু তুলসী পত্রন পূজা তৌজম্রবদি মচুগ চপ মান্নব ফল ফংই ।। ৪০ ।।

যঃ পুনস্তুলসীং প্রাপ্য কার্ত্তিকং সকলং মুনেঃ
অর্চ্চয়েদ্দেবদেবেশং স যাতি পরমাং গতিঃ ॥৪১॥

হে: নারদ! মী অচুন পুক্লিং হুরব তুলসী পত্রন মেরা থাদ শুম্নিং খুদিংগী লাইগী লাই ওইব শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজরবদি মী অচু অথোইব গতি ফংই ॥ ৪১ ॥

কার্ত্তিক মহাত্ম্যে যথা:—

মঞ্জরীভি সপত্রাভিঃ মালাভিশ্চাপি কেশবঃ।
তুলস্যাঃ কার্ত্তিকে প্রীতো দদাতি পদমব্যয় ॥৪২॥

পত্রগ লোয়নব তুলসী মঞ্জরি পরেংন মেরা থাদ ভগবান শ্রীকৃষ্ণদ কৎচরব মী অচুগী মফমদ শ্রীকৃষ্ণন পেনবিচুন অমাং অতা লৈতব লাইতগী ওইব পদবি অচু ফংহল্লি ॥৪২॥

তথাচ স্কান্দে মাঘে তুলসী দান মহাত্ম্যে যথা :—

স্নাত্বা মহানদী তোয়ে কোমলৈ তুলসী দলৈঃ।
যোঽর্চ্চয়েন্মাধবং মাঘে কুলানাং তারয়েচ্ছতং ॥৪৩॥

গঙ্গা জমুনানচিংবী তীর্থ খিবিক্ত স্নান তৌজরগ থোং নৌরব তুলসী পত্রন রাকচিং থা চুপ্ন মাধব শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজরব মী অচু মাগী শাগৈ চাম লানবী ॥৪৩॥

সু কোমলৈ দলৈ য'স্তু মঞ্জরীভি জনার্দ্দনং।
অর্চ্চয়েন্মাঘ মাসেতু ক্রতুনাং লভতে ফলং ॥৪৪॥

মী মহাক অহুন নৌন কজরব তুলসী পত্র অমদি মঞ্জরিন রাকচিং থা চুপ্ন জনার্দ্দন ভগবান পূজা তৌজরব মী অহুন যজ্ঞ মথল খুদিং তৌবগী ফল ফংই ॥৪৪॥

চতুর্ম'াস্যে তুলসী দান মহাত্ম্যং :—

সং পূজ্য তুলসীং ভক্ত্যা ঘনশ্যামং জনার্দ্দনম্।
চতুরো বার্ষিকান খমেধায়ুতং ফলং লভেৎ ॥৪৫॥

নোংজু থা থা মনি শ্রীহরেশয়ন একাদশীদগী হরেউথান একাদশী ফাওব থা মরি চুপ্ন ভক্তিগা লোয়নন ঘনশ্যাম জনার্দ্দনবু তুলসী পত্রন পূজা তৌজরব মী অদো ভগবান জনার্দ্দন পেনবিহুন অশ্বমেধ যজ্ঞ অযুত অম তৌবগী ফল ফংহল্লি ॥৪৫॥

পাদ্মে যমব্রাহ্মণ সংবাদে :—

বৈশাখ তুলসী দান মহাত্ম্যং

তুলসী গৌরীকৃষ্ণাভ্যাং ভক্ত্যাভ্যর্চ্য মধুদ্বিষং।
বিশেষেণ তু বৈশাখে নরো নারায়ণো ভবেৎ ॥৪৬॥

অশৌব অমুব তুলসী পত্রন শজিবু থা চুপা সুমিং পুদিংগী ওইন শ্রীমধুসূদনগী পূজা কৎচরবদি মী অদু নারায়ণগী মশক ওই। মুর্ত্তি ওই ॥ ৪৬ ॥

মাধবং সকলং মাসং তুলস্যা যোহর্চ্চয়েন্নরঃ।
ত্রিসন্ধ্যাং মধুহন্তারং নাস্তি তস্য পুনর্ভবঃ ॥৪৭॥

শজিবু থা চুপা সন্ধ্যা অহুমদ মী মহাক অদুন ভগবান মাধবপু তুলসী পত্রন পূজা তৌরব মী অদু সংসারদা অদুক হন্না পোক্তরে ॥৪৭॥

বায়ু পুরাণে তুলসী চয়ন বিধি :—

অস্নাত্বা তুলসী ছিত্বা যঃ পূজাং কুরুতে হরিং।
সোহপরাধী ভবেৎ সত্যং তৎ সর্ব্বং নিষ্ফলং ভবেৎ ॥৪৮॥

ঈরুজরুদন তুলসী পত্র হেক্রগ শ্রীহরি পূজা তৌরবদি মী অদু অপরাধী ওইরে। মাসা তৌরবপদুক পূজাসমূহ [illegible]। অসি [illegible] হায়ব ঋষিশিংগী বাক্যনি ॥৪৮॥

তথাচ ব্রহ্মবৈবর্ত্তে :—

পূর্ণিমায়ামাবস্যাং দ্বাদশ্যাং রবি সংক্রমে।
তৈলাভ্যঙ্গেচ স্নাতোবা মধ্যাহ্নে নিশি সন্ধ্যয়োঃ।
অশৌচেৎশুচি কালে বা রাত্রি বাসান্বিতা নরাঃ।
তুলসীং যে বিচিনন্তি তে ছিন্নন্তি হরেঃ শিরঃ ॥৪৯॥

পূর্নিমা, অমাবস্থা, দ্বাদশী, নোংমাইজিং সংক্রান্তিদ হকচাং শেংলোক্তন, হকচাং থাও তৈরগ হুমিং হুংব মতমদ অনদি অহিংদ সন্ধ্যা অনিদ, ঈরুজদন, মুম্বাংন অহিং তুম্বদ শেংলুব কী শেংতুন তুলসী পত্র হেক্রবদি মথোয় অতুন শ্রীহরিগী মকোক থবংপগ মায়রে য়ায়নক তৌহৈত্রবনি ॥৪৯॥

স্কান্দে তুলসী চয়ন মন্ত্র :—

তুলস্যামৃত নামাসি সদা ত্বং কেশব প্রিয়া।
কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে॥ ৫০ ॥

তুলসী হেক্রব মন্ত্র : —

হেঃ তুলসী দেবী! নঙ্দি শিব নাইত্রবী নমিংন ওইবীনি। মতম পুম্বদ কেশবকী চাম্নবীনি, কেশবকী পূজাগীদমক পত্র হেকচরি বর পীনৌ নিংথিবী ॥ ৫০ ॥

ত্বদঙ্গ সম্ভবৈঃ পত্রৈ পূজয়ামি যথা হরিং।
তথা কুরু পবিত্রাঙ্গী কলৌ মল বিনাশিনী ॥৫১॥

মথন্তী মন্ত্র অসি শোন্দুনে তুলসী পত্র হেন্নগ ভগবান শ্রীবাসু দেবগী পূজা তৌব মহাত্ম শাস্ত্রন হায়ব জপ, যজ্ঞ দান. ব্রতনচিংবগী মহেৎগী লখা কোটিগী ফল ফংই ॥৫৪॥

শালগ্রাম শিলার্চার্থং প্রত্যহং তুলসী ক্ষিতৌ।
তুলসীং বিচিন্বন্তি ধন্যাস্তে কর পল্লবা ॥৫৫॥

ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী মূর্তি শালচক্র পূজাগীদমক ভুমিং খুদিংগী মী অমুন তুলসী হৌরিব দৈবাক্ত দৈরগ তুলসী পত্র হেকচব মথোয় অমু অতাও্‌ বনি, অ:থাইবনি, মথোয়গী মখু ৎ পানবগী মহৈ য়াল্লবনি। ॥৫৫॥

সংক্রান্ত্যাদৌ নিষিদ্ধেপি তুলস্যা ন চয় স্মৃতৌ ইতি ॥৫৬॥

সংক্রান্তিনচিংব তুলসী পত্র হেকপ য়াদব হায়দি শাস্ত্রন য়াত্রবসু শ্রীবিষ্ণু নিত্য সেবা তৌব বিষ্ণু ভক্তন বিষ্ণু পূজাগীদমক্তি ভঙাইফদন নিতিগী তুলসী পত্র হেকপ য়াই। তশেংন শুক্লা, কৃষ্ণা, দ্বাদশী অনি অসিদি হেকপা শূকয়া য়াদে।।৫৬।।

বিষ্ণু ধর্মোত্তরে যথা :—

ন ছিন্দ্যাৎ তুলসী বিপ্রো দ্বাদশ্যাং বৈষ্ণব কচিৎ ॥৫৭॥

বিষ্ণু ধর্মোত্তরদ হায়রি :— বৈষ্ণব, ভক্ত, ব্রাহ্মণ দ্বাদশীদ তুলসী পত্র হেক্তুনা পূজা তৌব য়াদে। অপরাধ দৈ ॥৫৭॥

অথ গরুড় পুরাণীয়:—

তুলসী চয়ন নিষেধ কাল প্রভৃতি প্রসঙ্গ :—

ভানুবারং বিনা দূর্ব্বাং তুলসীং দ্বাদশীং বিনা।
জীবিতস্য বিনাশায় ন বিচিন্বীত ধর্ম্মবিৎ ॥৫৮॥

নোংমাইজিং নগুরদ তিংথৌ দ্বাদশী নগুবদ তুলসী পত্র হেক্কনি। হেক্লবদি পুম্বি ময়েং তাই মরম অহুনা হেক্লোইদবনি ॥৫৮॥

পদ্ম পুরাণে শ্রীকৃষ্ণ সত্যভামা সম্বাদে যথা :—

ভগবান শ্রীকৃষ্ণের বাক্যে নিষিদ্ধ দিবসে যেজন্য তুলস্যাদি চয়ন করিবেনা প্র ার্ণ কৃত হইতেছে।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বচ•নি য়াদব হায়বদি বেদ শাস্ত্রন থি ব ন্নুমিত্তা তুলসী হেক্লোয়দবনি মতুগী প্র•ান মখাদ পিরি ;—

তথাচ পাদ্মে :—

দ্বাদশ্যাং তুলসী পত্রং ধ ত্রী •ত্রঞ্চ কার্ত্তিকে।
লুনাতি সনরো গচ্ছেন্নিরয়ান্নতিঃ গর্হিতান্ ॥৫৯॥

পদ্ম পুরান্দ শ্রীকৃষ্ণন সত্যভামাদ হায় :— হে: চান্নবী দ্বাদশী নুমিত্ত তুলসী পত্র অমদি মেরা থাদ হৈগ্রমনা মী অহুনা হেক্ল•দি নরক তাই। ৫৯।

প্যাদ্মে :—

দেবার্থে তুলসী চ্ছেদো হোমার্থে সমিধস্তথা।
ইন্দুক্ষয়ে ন দৃষ্যন্তে গবার্থে তু তৃণস্যচ ॥৬০॥

ঈশ্বর পূজাগীদমক তঙাইফদন তুলসী পত্র যজ্ঞগীদমক শীং তিংথৌ ষণগীদমক নাপী থাশি নুমিৎ ওইহুনসু দোষ লৈতে হেকপ য়াই ॥৬০॥

গারুড়ে তুলসী কাষ্ঠ চন্দন মহাত্ম্য :—

যো দদাতি হরৌ নিত্যং তুলসী কাষ্ঠ চন্দনং ।
যুগানি বসতে স্বর্গে হ্যন্যন্তানি নরোত্তমঃ ॥৬১॥

শ্রীনারদ মুনিনা ধুক্কমা কৌবা নিংথৌদ হায়ধি : — হেঃ নিংথৌ মী অহুন তুলসী পাম্বী অকংথন চন্দন ওইন তক্লগ শ্রীকৃষ্ণদ কৎচরব মী, অহু লোইব নাইত্রব যুগ কয়া স্বর্গ থাম্বদলৈ। ৬১॥

মহাবিষ্ণুং কলৌ ভক্ত্যা দত্বা তুলসীচন্দনং ।
যোহর্চ্চয়েন্মালতী পুষ্পে ন ভুয় স্তনপো ভবেৎ ॥৬২॥

কলিযুগত মী অহুন ভক্তিগ লোয়নন তুলসী পত্র চন্দন চাইরগ অমস্তুং মালতী লৈন মহাবিষ্ণু পূজা তৌজব্রব মী অহু মতম অমদ মমাগী তম্পাক্ত হিপ্তুন মমাগী খোম অমুক হন্ন থক্তরে। হা বদি অমুক পোক্তরে ॥৬ ॥

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতং চন্দনং যচ্ছতো হরে।
নির্দ্দেহেৎ পাতকং সর্ব্বং পূর্ব্বজন্ম শতৈকৃতং ॥৬২॥

তুলসী কাষ্ঠগী চন্দন মনম হুমিং খুদিংগী শ্রীহরিদ কৎচরব মী অহুগী মপোক চামদ তৌরুব পাপ পুম্নমক কোকই।

সর্ব্বেষামপি দেবানাং তুলসী কাষ্ঠ চন্দনং।
পিতৃনাঞ্চ বিশেষণ সদাভিষ্টং হরে সদা ॥ ৬৩ ॥

তুলসী কাষ্ঠকী চন্দন শ্রীহরিদ কৎচবা ইবুঙোন পেনবী মতৌ অসিগুম্ন লাইশিং অমস্তুং পিতৃ লোকশিংনসু যোইদোম্ন পেনবী ॥৬৩॥

শালগ্রাম শিলা তোয়ং তুলসী দল মিশ্রিতং ।
যঃ পিবেৎ স হি মুক্তঃস্যাজ্জন্মং সংসার বন্ধনাৎ ।৭৬।।

তুলসী পত্র য়াওব শালগ্রাম চাইথবগী ঈশিং থক্করব মী অদো সংসারগী বন্ধোনদগী লায়োকপ ওমই ।।৭৬।।

মতাং অসিদ তুলসী মহাত্ম্যগী অহানব লহরি লোইজরে ।



## অনিশুবা লহরী

# তুলসী গীতা

শাস্ত্রদ দেবতাশিংগী মখল মখা অয়াম্ব গীতা ফংই । গীতাশিং অতুদ লাইশিং অতুগী স্তব অমসুং মহাত্ম্য য়াওবি। ভগবৎ দ্বারিকা মহাত্ম্য কৌব লাইরিক য়াওব তুলসী গীতা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণন সত্রাজিৎকী মচানুপী সত্যভামান "পূণ্যক" কৌব ব্রত তৌবগী মতমদ তুলসী গীতা অসি লীবিখিবনি মতু মখাদ পীজরি ।

তুলসী গীতা—

নারায়ণং নমতস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং ।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততোজয় মুদীরয়েৎ ॥৬৮॥

শ্রীভগবানুবাচ

প্রাগদত্ত্বার্ঘ্যং ততোহভ্যর্চ্য গন্ধপুস্পাক্ষতাদিনা।
স্তুত্যা ভগবতীং তাঞ্চ প্রণমেৎ পার্থ্য দণ্ডবৎ ।১॥

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ভগবান্ন সত্যভামাদ হায়খি ঃ— হেঃ ভামে ! অহানবমক্তদ ভগবতী তুলসী দেবীদ অর্ঘ্য কৎতুন লৈ, চন্দন অমসুং চেং মনম কুংশিবনচিংবন পূজা কৎলগ চৈশাংন তাবগুম্ন লৈবাক্ত তাক্তুন তুলসী দেবীবু পুক্রমজগনি ॥১॥

শ্রিয়ঃ শ্রিতে শ্রিয়ো বাসে নিত্যংশ্রীধরসৎকৃতে।
ভক্ত্যা দত্তং ময়া দেবী অর্ঘ্যং গৃহ্ণ নমোহস্তুতে ॥২॥

হেঃ দেবী ! লক্ষ্মীন লৈফম ওইবী হেঃ বৃন্দে ! হেঃ নিত্যে ! শ্রীধর কৌব লক্ষ্মী পতিন পূজা তৌগ্রবী ! ভক্তিগ লোয়নন ঐন কৎচরিব অর্ঘ্য অসি লৌবিয়ু। ঐনা নঙবু খুরুমজরি ॥২॥

নির্ম্মিতা ত্বং পুরা দেবৈ রচ্চিতা ত্বং সুরাসুরৈঃ।
তুলসী হর মে পাপং পূজা গৃহ্ণ নমোহস্তুতে ॥৩॥

হেঃ তুলসী দেবী ! মমাংঙৈদ লাইয়াম নংবু শেমখি অহুগ পূজাসু তৌখি। নঙন ঐগী পাপ পূম্ব কোকপিয়ু ঐন কৎচব পূজা লৌবিয়ু হায়ন ঐন নংবু খুরুমজরি ॥৩।

মহাপ্রসাদ জননী আধি ব্যাধি বিনাশিনী।
সর্ব্ব সৌভাগ্যদা দেবী তুলসী ত্বং নমোহস্তুতে ॥৪॥

হেঃ দেবী ! নহাক য়াম খোজাল হৈবী ইমানি, লায়না অপূম্ব কোকপীনি, অয়াম্ববু লাইবক ফব পীনবীনি নঙবু খুরুমজরি ॥৪॥

যা দৃষ্টা নিখিলঘ সঙ্ঘা শমনী স্পৃষ্টা বপুঃ পাবনি।
রোগানামভি বন্দিতা নিরসিনী সিক্তন্তক ত্রাসিনী ॥
প্রত্যাসত্তি বিধায়িনী ভগবতঃ কৃষ্ণস্য সংরোপিতা।
ন্যস্তা তচ্চরণে বিমুক্তি ফলদা তস্মৈ নমঃ সর্ব্বদা ॥৫॥

হেঃ তুলসী দেবী ! নংবু উরগ অউব মী অহুগী পাপ পূম্ব কোকই শোকপদ হকচাং পূম্ব শেংবীনি, খুরুমজবদ অনাব কোকপিবীনি।

নশাদ ঈশিং থিরুচবদ তৌজবগী ফল পীবীনি। অদুগ যমগী কিনি-
ঙাই লৈত্রে। তুলসী থাজবদ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদ ভক্তি পীবীনি, শ্রীকৃষ্ণগী পাদ পদ্মদ কৎচরগ মুক্তি পীবীনি হেঃ তুলসী দেবী? ঐন নহাকপূ মতম পুম্বদ খুরুমজরি ।৫।।

ভগবত্যা স্তুলস্যাস্তু মহাত্ম্যামৃত সাগরে।
লোভাৎ কুর্দ্দিতুমিচ্ছামি ক্ষুদ্রস্তৎ ক্ষমতাং তয়া।।৬।।

ঐন য়াম্ন তোল্লব মী অম ওইরবসু অরান থুবম পামজব মরম্ন ভগবতী তুলসী কৌবী নংগী নতিক নগুণগী মশক ওইরবী সমদ্রু শান্নকমদ ইকোক তুমহুন স্নান তৌব পামজৈ হেঃ তুলসী দেবী ঐগী অরানব পুম্ব দেবী নহাক্ক কোকপিয়্ন ।।৬।।

শ্রাবণা দ্বাদশী যোগে শালগ্রাম শিলার্চ্চনে।
যৎ ফলং সঙ্গমে প্রোক্তং তুলসী পূজনেন তৎ।।৭।।

শ্রাবনা কৌবী নক্ষত্রন পানব দ্বাদশীদ শালগ্রাম শিলাদ শ্রীবিষ্ণুগী পূজা তৌবদ ফংব পুণ্য অদুগ সাগর সঙ্গম তীর্থ স্নান তৌরবদ ফংব পুণ্যগী মহৈ; মথল কযাগী পুণ্যগী মহৈ পূম্নমক অদুবু তুলসী পূজা অমুক্ত তৌজবন ফংই ।।৭।।

ধাত্রী ফলেন যৎ পুণ্যং জয়ন্তো সমুপোষণে।
যৎ ফলং লভতে মর্ত্ত্য তুলসী পূজনেন তৎ ।।৮।।

হৈগ্রু মহৈন শ্রীহরিগী পুজা তৌব, জয়ন্তিযোগ জন্মাষ্টমীদ চরা হেনব মহা পুণ্যনি হায়ন শাস্ত্রন হায়, অসি পূম্নমক তুলসী পুজা অমুক্তং তৌজবন মদুগী ফল পূম্নমক ফংজৈ ।।৮।।

প্রয়াগ স্নান নিয়তঃ কাশ্যাং প্রাণ বিমোক্ষণে।
যৎ ফলং বিহিতং দেবৈ্য তুলসী পূজনেন তৎ। ৯।

প্রয়াগ তীর্থ মুমিং খুদিং স্নান তৌব; মুক্তি ক্ষেত্র ওইব কাশীদ থরাই থাবদ ফংব মহৈ অদু তুলসী পূজাতন ফংই ॥৯॥

চতুর্নামপি বর্ণানামাশ্রমনাং বিশেষতঃ।
স্ত্রীনাঞ্চ পুরুষানাঞ্চ পূজিতেষ্টং দদাতি চ ॥১০॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য শূদ্র হায়রিব বর্ণ মরি ব্রহ্মচার্য্য, গার্হস্থ্য, বাণপ্রস্থ, সন্যাস আশ্রম মন্নিগী নিপা নুপী পুম্নমক পূজা তৌজরদি অপাম অপাম্ব মহৈ অদু পীবিব ঙম্বী তুলসী দেবীনি ॥১০॥

তুলসী রোপিতা সিক্তা দৃষ্টা স্পৃষ্টাচপাবয়েৎ।
অরাধিতা প্রযত্নেন সর্ব্বকাম ফল প্রদা ॥১১॥

তুলসী পাম্বীবু চোকশিন্ন নিংথিন থাজরগ, থুংন শোকচরব ঈশিং চাইখ অমদি ঈশিং চাইবদু উবতদ পুম্নমকপু শেংদোকপি। অদুগ মুমিং খুদিংগী পূজা তৌজরবদি নিঙ্লিব পুম্নমকপু থুংহনবী ॥১১॥

প্রদক্ষিণং ভ্রমিত্বা যে নমস্কুর্ব্বন্তি নিত্যশঃ।
ন তেষাং দুরিতং কিঞ্চিদ পরম বিশষ্যতে ॥১২॥

মী মহাক অদুন তুলসী বৃক্ষবু য়েংওইনন পরিক্রমা তৌজরগ ভক্তিগ লোয়নন থুরুমজররবদি মথোয়গী অয়াব পুম্ব কোকপিদুন মশাদ অয়াব মচেৎ অমত ফাওব লৈহোদে ॥১২॥

পূজ্যমানাচ তুলসী যস্য বেশ্মনি তিষ্ঠতি।
তস্য সর্ব্বাণি শ্রেয়াংসি বর্দ্ধন্তেহহং হ'রহং সদা ॥১৩॥

য়ুমদ তুলসী থারগ হুমিং থুদিংগী তুলসী সেবা পূজা তৌজরব মী অতুগী অমঙ্গল পুম্নমক মাঙ্‌খিহুন মরম পুম্নমক্ক মঙ্গল পীনবি ॥১৩॥

পক্ষে পক্ষেতু দ্বাদশ্যাং সংপ্রাপ্তেচ হ'রের্দ্দিনে।
ব্রহ্মাদয়োপি কুর্ব্বন্তি তুলসী বন পূজনং ॥১৪।

পক্ষ থুদিংগী শুক্লা কৃষ্ণা দ্বাদশী অমসুং একাদশী থোকপ তিথিদ ব্রহ্মানচিব লাইশিংনসু তুলসী বন পূজা তৌই ॥১৪॥

অনন্যন্য মনসা নিত্যং তুলসী স্তৌতি যোঃজনঃ।
পিতৃদেব মনুষাণাং প্রিয়েভবতি সর্ব্বদা ॥১৫॥

মী অহুন পুক্নি অনি লোঙ্‌দন তত্তুন তুলসীবু পূজা অমসুং খুরুম-জরিব মী অত্তু ইপা ইপু লাইশিং অমসুং মী পুম্নমক্ক মতম পুম্নমক্ক নুংশিবী ॥১৫॥

রতি বধ্নাতি নান্যত্র তুলসী কাননং বিনা।
সত্যং ব্রবীমিতে সত্যে কলিকালে মমপ্রিয়ে ॥১৬॥

হেঃ প্রিয়ে সত্যেঃ ! ঐন রাশকুন হায়রিবসিনি কলিযুগত তুলসী বন নত্তব অতোপ্প মফম অম ঐ পামদে ॥১৬॥

তথাচ :—

হিত্বা তীর্থ সহস্রাণি সর্ব্বানপি শিলোচ্চয়ানি।
তুলসী কাননে নিত্যং কলৌ তিষ্ঠামি ভাবিনি ॥১৭॥

হেঃ ভাবিনি ! ঐন পূন্যগী মক্কম লিশিং লিশিং চীংমান মখল মখলগী পুণ্যচেনব মফম থাদোক্লগ কলিগী মতমদ অমত ভায়রব তুলসী বনদ ঐ লেঙ্গ্দন লৈ ।।১৭।।

ন ধাত্রী সকলা যত্র নবিষ্ণু তুলসীবনং ।
তৎ শ্মশান সমং স্থানং সন্তিযত্র ন বৈষ্ণবা ।।১৮।।

মহৈ পানব হৈগ্রু পাম্বী হৌত্রব, বিষ্ণুমযশিলা লৈত্রব তুলসী পাম্বী হৌত্রব বৈষ্ণব লৈত্রব অতুত্তম মফম অহু মোংফমগ মাদৈ ।।১৮।।

তুলসী গন্ধমাদায় যত্র গচ্ছতি মারুত ।
দিশো দশ চ প্রভাঃ স্যুভূর্তগ্রাম চতুর্দ্দশঃ ।।১৯।

তুলসী মনম্বু মুংশিংন পুহুন চংপ মফম অতুগী মাইকে তরাদ থুল্লক্ক অমদি বননচিংব খেন্নব লৈতব মফম অতুদ মখল তরামবিশী থরাই পানবশিংন থোইদোক্ক ভালি ।।১৯।।

তুলসী বন সম্ভূতা ছায়া যাত্রং ভবেৎ সতী ।
অত্র শ্রাদ্ধং প্রদাতব্যং পিতৃণাং তৃপ্তি হেতবে ।।২০।।

তুলসী বনগী মমি তাব মফম অত্তু য়ায় অশেংব মফমি। অতুত্তম অশেঙ্‌ব মফমতুদ শ্রাদ্ধনচিংব শোল্লবদি পিতৃলোকশিংন থোক্কদোক্ক পেল্লি ।।২০।।

তুলসী পুজিতা নিত্যং সেবিতা রোপিতা শুভা ।
স্নাপিতা তুলসী যস্তুভেবসন্তি যমালয়ে ।।২১।।

মী অপুম্বন পূজা তৌরিবী অফব মঙ্গল পীনবি তুলসীবু মী খুদিংন থাবগ তত্তন পূজা তৌরব মথক্ত ঈশিং চাইথক্নন নিত্তিগী সেবা তৌবিব মীশিংদো ঐগী বৈকুণ্ঠ লোকত লেঙ্‌ন্দন লৈ ।।২:।।

সর্ব্ব পাপং হরং সর্ব্ব কামদং তুলসী বনং ।
ন পশ্যতি যমং সত্যে তুলসী বন রোপণা ।।২২।।

হে: সত্যভামা ! তুলসী বন অসি মখল পুম্বগী পাপ কোক্লবগী মশক্তি অপাম্ব পুম্ব ফংহনবীনি, মবম অসিদগী তুলসী বন থাহিব মী অদু যমগী লৈবাক অমুক উত্রে ।।১১।

তুলস্যা লঙ্কৃত যে বৈ তুলসী বন পূজকাঃ।
তুলসী স্থাপকা যে চ ত্যেজাস্তে যম কিঙ্করৈঃ ।।২৩।।

তুলসী থাব, তুলসী বন পূজা তৌজব, তুলসী পত্র পবেং শিব মী পুম্নক অদো যমগী মনাইন থাদোক্লমই ।।১৩।।

দর্শনং নর্ম্মদায়স্ত্র গঙ্গাস্নানং কলৌযুগে।
তুলসীদল সংস্পর্শঃ সমমেতাত্রয়ং স্মৃতম ।।২৪।।

কলিযুক্তদা নর্ম্মদা তীর্থ দর্শন তৌব ভাগিরথী গঙ্গা স্নান তৌব অমসুং তুলসী শোকপগী ফলগ চপ মান্নে ।।২৪।।

দরিদ্র দুঃখ রোগার্ত্তি পাপানি স্যুর্বহুন্যপি ।
তুলসী হরতি ক্ষিপ্রং রোগানিব হরীতকী ।।২৫।।

মনাহী অমতন অনাব পুম্ব কোকপ ওম্বগুম লায়রব, অরাব, অনাব, লায়নানচিংব মখল কয়াগী পাপশিং অসি তুলসীগুন কোকপিব ঙমই ।।২৫।।

তুলসী কাননে যস্তুমুহূর্ত্তমপি বিশ্রামেৎ।
জন্ম কোটি কৃত্যাৎ পাপান্মুচ্যতে নাত্র সংশয় ॥২৬॥

মুহূর্ত্ত অমতং মী অহুন তুলসী বন মরক্ত পোথাজরব মী মহাক অহু মপোক কোটিদ তৌথিব পাপ্তগী কোকপ গুমই হায়বন্দি করিন্থু চিংমকম লৈতে ॥২৬॥

সত্ত্যে তুলসী কারণ্যে স্পৃহয়া চাব তিষ্ঠতি।
অপি গলিত পত্রৈকং কশ্চিন্ধর্ন্যোঽর্পয়েদিতি ॥২৭॥

হেঃ সত্যভামা! ঐ তুলসী বন প্যামজহুন তত্তন লৈ মরনদি কনাগুরব অমন করিগুম্বদ কেল্লকপ পত্র অমতং খুল্লগ ঐঙোন্দ কৎলগনি ॥২৭॥

তুলসী নাম যো ক্রুয়াৎ ত্রিকাল বদনে নরঃ
ত্রিবর্ণ বদনো ভূত্বা তল্লিপিং মার্জ্জয়েদ যমঃ ॥২৮॥

মী অহুন কাল অহুম্মক্ত তুলসীগী মিং শোল্লবদি অশিব মপু যমুন মাগী মপাঙ্গল শক্তি লৈতবদগী মমায় ইমক মকশিন্দুন চিত্রগুপ্তন ইহুন থম্লিব মাগী লাইরিক অহু মুথৎলগ লংথোকখি ॥১৮॥

শুক্ল পক্ষে যদা চ দেবী তৃতীয়া বুধ সংযুতা।
শ্রবণা যাচ সংযুক্তা তুলসী চাতি পুণ্যদা ॥২৯॥

হেঃ দেবী সত্যভামা! থা পানথৎলকপগী হুম্নি পানবদ বুমশকৈশ থোকপ শ্রবণা নক্ষত্রন পানব তিথিদ তুলসী পূজা তৌরবদি থোই-দোকপ পুণ্যগী মশক্তি ॥২৯॥

মতাং অসিদ তুলসী লীলা কৌব অনিগুব লহমি লোইরে ॥

---

## অহমগুবা লহরি

### অথ হয়গ্রীব পঞ্চরাত্র প্রমাণোক্ত

# তুলসী বিবাহ বিধি

তুলসী লুহোংবগী মওং অসি য়াম্ন অথুপ্প মরম অমনি মফম অসিদদি মসি কনানস্থ ফোঙ্দোম্নব্রি। মালব লৈবাক্তদি মীশিংন মসি চহি খুদিংগী ওইন মেরা থাদ ভগবৎকী পর্ব্বদিনদ যাম্ন চাওন উৎসব মেলা তৌনৈ। করি নিয়ম মতুংইন্ন তুলসী বিবাহগী থুম্মিং পাঙ্থোকদগে হায়বতু সাধারণ মীশিংন কনা অমতন খঙ্দব্রি। মবম অহুন হয়গ্রীব পঞ্চরাত্রদ হায়রিব তুলসী লুহোংবগী নিয়মশিং মথাদ পীজরি ॥

শ্রীবশিষ্ঠ উবাচ :—

বিবাহ সংপ্রবক্ষ্যামি তুলস্যাস্ত যথা বিধি।
যথোক্তং পঞ্চরাত্রে বৈ ব্রহ্মনা ভাষিতং পুরা ॥১॥

শ্রীবশিষ্ঠ মুনিন অতোপ অতোপ্প ঋষিশিংদ হাযখি—হেঃ ঋষি পুম্নমক! ঐহাক্ত তুলসী বিবাহগী বিধি অমসুং মতম বর্ণন তৌগে—মমাংদৈদ প্রজাপতি ব্রহ্মান হাযখিব হয়গ্রীব পঞ্চাবাত্র কৌব লাইরিক্ত হায়খিব অহুমক্তি ঐন হায়রিবসি ॥১॥

আদাবেব বনে বাপ্য তুলসী স্বগৃহেঽপিবা।
বর্ষত্রয়েন পূর্ণেন ততো যজ্ঞমান মারভেৎ ॥৩॥

অহানবদ বনদ ওইরবস্থু মুমদ ওইরবস্থু তুলসী মক্ক ছলগ হৌরকপ পাম্বী অহু অমুক হয় মফম চান থারগ সেবা চহি অহুম শুপ্রব মতুংদ হৌনবী বিধি বিধান কায়দন পূজা তৌব হৌগনি ॥২॥

অথ তুলসী বিবাহিক উক্ত মাস পক্ষ
বার তিথি নক্ষত্রাদি।

সৌম্যায়ণে প্রকর্ত্তব্যং গুরু শুক্রোদয়ে তথা।
অথবা কার্ত্তিকে মাসি ভীষ্ম পঞ্চক দিনেষুচ।
বৈবাহিকেষু ঋক্ষেষু পূর্ণিমায়াং বিশেষত ॥৩।

উত্তরায়ণ মতমদ শগোলশেল অমসুং ইরাইন উদয ওইবকপ কালদ তুলসী লুহোংগনি। হায়বদি মাঘ শুক্লা অষ্টমীদগী দ্বাদশী ফাওব ভীষ্মাষ্টমী হায়রিব মুমিৎ মঙানি অসদ। নত্রগ কার্ত্তিক শুক্লা একাদশীদগী কার্ত্তিকী পূর্ণিমা ফাওবা ভীষ্ম পঞ্চক* হাযরিব মুমিৎ মঙানি অসি তুলসী বিবাহগী অফব মতম্নি। পাঞ্জিকান পীরিব লুহোংবগী অফব তিথি নক্ষত্র বার অফবদ তুলসী লুহোংগনি। মক্ক ওইনদি পূর্ণিমা মুমিৎন খ্বাইদগী হেন্ন ফৈ ॥৩।

---

*ভীষ্ম পঞ্চক হায়বসি বক পঞ্চক হায়নসু থংনৈ। মুমিৎ মঙানি অসিগী মতুংদ নোংম উরোক্ক ঙা চাদে হায়ন শাস্ত্রন হায়রিব মুমিৎনি।

মাণ্ডবং কারয়েত্তত্র কুণ্ডবেদীং যথা পুনঃ।
শান্তিকঞ্চ প্রকর্ত্তব্যং মাতৃনাং স্থাপনং তথা ।।৪।।

মাণ্ডব ফজন খল্লগ মহু দ যজ্ঞবেদী কুণ্ড শেমগনি মকম অহুদ শাস্ত্রন হায়ব বিবাহগী বিধিন শান্তিগী খবক তৌবগ লুহোংব হুমিত্ত লাইরিক্ হাযব চৎনবী কন্যা পূজা অভিষেক মাতৃস্থাপন তৌগনি। কবোক অকাব, ক্যামলৈ মশা নূং ঈশিংন থল্লব চফু থমগনি।

ভাবার্থঃ—মাঁওইবগী চৎনবী মচা তৃপী লুহোংবগী শাস্ত্রন তাকপ কর্ম্ম, নিগম পূন্নমক কায়দন তৌগনি। বর-কন্যা অনিগী যজমান অনিন চৎলগ বিবাহগী মরীদ তান্নব অহুগুম্ন তান্নহুন তৌগনি ।।৪।।

মাতৃশ্রাদ্ধদিকং সর্ব্বং বিবাহবৎ সমাচরেৎ।
ব্রাহ্মনাঞ্চ শুচিস্নাতান বেদ বেদাঙ্গ পারগান্ ।।
ব্রাহ্মণোদৈশিকশ্চৈব চত্বারশ্চ অন্যাদ্বিজাঃ।
বৈষ্ণবেন বিধানেন বদ্ধনা কলসং যজেৎ ।।৫।।

লুহোংবগী মতৌগুম্ন ষোড়শমাতৃকা পূজা বৃদ্ধি শ্রাদ্ধনচিংব মওং পূন্নমক ফজন তৌগনি। ফীশেং-শেৎপ নিংথিন স্নান তৌরব বেদ শাস্ত্র হৈবব লৈবাক্কী যজ্ঞ হৈব ব্রাহ্মণ মরিবু বরন তৌগনি অমসুং বিষ্ণু সুক্ত মন্ত্রন বৈষ্ণব বিধানদ মাণ্ডপত লৈব ঈশিং চফু অহুবু "বর্দ্ধণী" মন্ত্রন পূজা তৌগনি ।।৫।।

মাণ্ডপং কারয়েত্তত্র লক্ষ্মীনারায়ণং শুভং।
গৃহ্ যজ্ঞং পুরঃ কৃত্বা মাতৃনাং মজনং তথা ॥৬॥

মাণ্ডপ ফজন থল্লগ শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ লেঙ্‌শিনগনি, অহানবদ পূজা তৌগনি গৃহ্যসূত্রন হায়ব বিধি মতুংইন্ন যজ্ঞ পাঙ্‌থোক্লগ মাতৃশিংগী পূজা তৌগনি ॥

অর্থাৎ :—হায়বদি বর কর্তা কন্যা কর্তা অসি গৃহস্ত কর্ম চংলিব নিপা অনিন ওইগনি। অছুগ ভগবাণ অমসুং ভগবতী পিতৃগী মাইকৈদ লৈরগ মাইকৈ অনিগী মাংগোল অছু শম্বিন নিংথিন তৈথোকনি অছুগ খোংনাংবট মশা অম য়ুংগনি। মথোং অতুদ ঘট স্থাপন তৌগনি। গণেশনচিংব পঞ্চদেবতা পূজা অমসুং অয়াম্ব দেব-দেবী পূজা তৌরগ হৌনবী মতুংইন্ন অধিবাস হৌগনি। মথংদ স্বস্তিবাচন তৌগনি। তিথি, বার, নক্ষত্রনচিংব হায়তুন সংকল্প তৌবগ ষোড়শ মাতৃকা, ষষ্ঠী মার্কণ্ডেয় অশ্বত্থামানচিংব চিরঞ্জিবী তয়েৎপু পূজা তৌরগ য়ুমগী ফক্লাংদ বসোধারা থীন মাপূললক নত্রগ মণ্ডাবক তায়েৎলক ওইরবসু হৈথতুন আয়ুষ্য মন্ত্র জপ তৌগনি। মতুংদ নান্দিমুখ শ্রাদ্ধ শোনগনি মথংদ সুংদাং মতম চান মাণ্ডপ মনুংদ বর অমসুং কন্যাগী কর্তান মায় অরাং ওন্ন কুশ আসন্দ ফমগনি।।৬।।

সৌবর্ণ বিগ্রহং কৃত্বা মণ্ডপে স্থাপয়েদ্ধরিঃ।
কৃত্বা রৌপ্যঞ্চ তুলসী লগ্নেচাস্ত স্থিতে রবৌ ॥৭॥

সনান শাব শ্রীবিষ্ণু মূর্ত্তি লুপান শাব তুলসী মূর্ত্তি অনি অছু মাণ্ডপ

মথাইদা থমগনি। তুমিং তারক্রবদ বিবাহগী অফব লগ্নদ হোনবী মতুং ইদা যজমান ওইরিব কন্যাগী কর্ত্তান তুলসীবু জামাতা ওইরিব শ্রীবিষ্ণুদ সম্প্রদান হায়বদি কন্যাদান তৌগনি। হায়বদি শ্রীবিষ্ণুদ পদ্য অর্ঘ্য আচমন অমসুং মধুপর্কনা অসুম্ব বড়ুদ হায়খিব মওংদ ফী লৈতেংন পূজা কৎকনি ॥৭॥

বাসঃ শতেন মন্ত্রেন বস্ত্র যুগ্মেন বেষ্টয়েৎ।
যদা বধ্নেতি মন্ত্রেন কঙ্কনঃ পানি পল্লবে।
কোবাদিতিচ মন্ত্রেন করগ্রহো বিধীয়তে ॥৮॥

"বাসঃশত" মন্ত্রন মূর্ত্তি অনিবু ফি অনিন যেৎশিনগনি। "যদাবধ্নেতি" মন্ত্রন লৈতেং থূদোপ থুজিনচিংব খুত্ত কৎকনি। "কোব" মন্ত্রন শ্রীবিষ্ণুনক্কু খুৎ পায়বগী কর্ম্ম হোনবী তৌগনি ॥৮॥

ততঃ কুণ্ডং সমাসাদ্য আচার্য্যঃ সহিতে দ্বিজৈঃ
আচার্য্যেঃ বেদিকা কুণ্ডেজহুয়াচ্চ নবাহুতিঃ ॥৯॥

মথংদ আচার্য্য অমসুং যজ্ঞ তৌরিব ব্রাহ্মণশিংগ লোয়নন বেদী শাবিব কুণ্ড মনাক্ত চংশিন্দুনা বেদী কুণ্ডদ মৈ হোগংলগা মথক্ত হায়রিব বেদ মন্ত্রন নবাহুতি পীগনি। ৯॥

বিবাহ কর্ম্মবৎ সর্ব্ব বৈষ্ণবং দেশিকোত্তমৈঃ।
কর্ত্তব্য ততো হোমে বিশেষা বিধি পূর্ব্বকম্ ॥১০॥

মীগী লুহোংবগুম্ব তুলসীগ লোয়নন শ্রীভগবানগী বৈষ্ণব বিধান মতুং

ইম্ন বিবাহ কর্ম্ম পাঙ্থোকনি। থোইদোকপ'দি পুরোহিত বৃত ব্রাহ্মণ-শিংন চুম্ন বিধান কাযদন হোম তৌগনি ভগবান শ্রীগোবিন্দদ চতুর্থী বিভক্তি হাপ্লগ "শ্রীভগবতে গোবিন্দায স্বহান" হোম তৌগনি শ্রীগোবিন্দায নমঃ ন খুরমজগনি ॥১০॥

নমো ভগবতে কেশবায়, নারায়ণায়, মাধবায়, গোবিন্দায় বিষ্ণবে, মধুসূদনায়, ত্রিবিক্রমায়, বামনায় শ্রীধরায হৃষিকেশায, পদ্মনাভায়, দামোদরায়, উপেন্দ্রায়, অধোক্ষজায়, অনিরুদ্ধায়, অচ্যুতায়, অনন্তায়, মুকুন্দায় পুনঃ অধোক্ষজায় নমো নমঃ ইতি।

যজমানঃ সপত্নীকো যেহন্যে তদেগাত্র বান্ধবাঃ।
প্রদক্ষিণাশ্চ কর্ত্তব্যা চত্বারো বিষ্ণুণা সহ ॥১১॥

মথংদ যজমান্ন মাগী মুপীগ লোয়নন তুলসী দেবা, শ্রীনাবায়ণ, শ্রীবিষ্ণু অমসুং লক্ষ্মীবু মবিবক হুম্ন যেংওইনন কোম্নবগ খুরুমজগনি ॥১১॥

তুলস্যাঃ পানিগ্রহণে বেদিকায়াং বিভাবসৌ।
শতকুম্ভং জপেৎ সূক্তং পাবমানীং বিশেষতঃ ॥১২॥

তুলসী হো'বদ বেদীকাদ "শতকুম্ভ সৌর্য্যসূক্ত" থোইদোক্ন যজ্ঞ তৌরিব ব্রাহ্মণশি'ন "পাবমাণী পৌরুষ সূক্ত" জপ তৌগনি ॥১২॥

তথৈব শান্তিকাধ্যায়াং নবসূক্তং তথৈবচঃ।
জীব সূক্ত পূর্ণজপ্তা পঠেদ, বৈষ্ণব সংহিতাং ॥১৩॥

অসিগুম্ম শান্তি অধ্যায়গী মশক ওইব "নবসুক্ত" "দেবীসুক্ত" অমুক হয়
শ্রীবিষ্ণুগী মহিমা হায়বগ লোয়নন বৈষ্ণব সংহিতা পাঠ তৌগনি ।।১৩।।

শঙ্খ ঝল্লরি নির্ঘোষৈ ভেরীতু যস্য নিঃস্বরৈঃ।
গায়ন্তি মঙ্গলাং নার্য্যো মঙ্গলং বিধি মাচরেৎ ।।১৪।।

মথংদ মোইবুং ঝাল পুংনচিংব, ভেরীগী মখোলন নিলহনগনি। জগোই ঈশৈনচিংবসু তৌগনি মঙ্গল গীত শকনি, নুপীশিংন "হুলু হুলু" লাওগনি অমুগুম্ম লুহোংবগী থবক পুম্নমক পাঙ্থোকনি ।।১৪।। -

দদাৎ পূর্ণাহুতিং পশ্চাদ ভিষেক বিধি তত।
ব্রাহ্মণে বৃষভং দদ্যাদাচার্য্য পরিধাপ্যচ ।।১৫।

পূর্ণাহুতি পীরগ মথংদ মথল মথা অয়াম্ব বিধান লোইরব মতুংদ যজমান ওইরিব অতুন যজ্ঞ তৌরিব আচার্য্যদ ষণ লাবন দক্ষিণা তৌগনি। ফী হোংদোক্লগ আচার্য্যন চন্দোন থীনবিব শান্তি তৌব লোইরগ মৈগী দক্ষিণা তৌব লোযরবদ বিসর্জ্জন তৌরগ শান্তি কুম্ভদ লৈব ঈশিংন যজমানবু অভিষেক হায়বদি ঈশিংন মশাদ থিক-তোক্কনি ।।১৫।।

শ্যাং পটঞ্চ তথা শয্যা মাচার্য্যায় প্রদাপয়েৎ।
ঋত্বিগভ্যো দাপয়েদ্বস্ত্রা ন্যেবাং দদ্যাচ্চ দক্ষিণাং ।।১২।।

যজমান আচার্য্যদ ষণবী ফমুং দান তৌগনি। তৌগ্রিব অফব থবক অতুগী শিদ্র লৈতনব মঙ্গল আশীষ তৌগনি। ব্রাহ্মণশিংন আশীর্ব্বাদ মন্ত্রন উচ্চারণ তৌদুন আশীর্ব্বাদ তৌহনগনি ।।১৬।

মতাং অসিদ তুলসী বিবাহ বিধি তাকপ অহুমগুব লহরি লোইজরে ।।

---

## মরিমগুবা লহরি

# মৎস্য সূক্তে তুলসী স্থাপন বিধি

শ্রীশিব উবাচ :—

সর্ব্বেভ্যঃপত্র পুষ্পেভ্যো বরিষ্ঠা তুলসী প্রিয়ে।
সর্ব্বকাম প্রদা শুদ্ধা বৈষ্ণবী বিষ্ণু বল্লভা ॥১॥

শ্রীমহাদেবন ভগবতীদ হায :—হেঃ প্রিয়ে মরোল অহুম অসিদ লৈরিব মখল খুদিংগী পত্র অমসুং পুষ্পগ যেংনবদ তুলসীন খ্বাইদবী অথোই-বনি, অমীশু্ব পুম্ব পীনবি শ্রীবিষ্ণুগী চানবী অথোইব বৈষ্ণবীগী শক্তিনি ॥১॥

ভক্তি মুক্তি প্রদা দেবী সর্ব্বলোক হিতেরতা।
যত্রাশ্রিত্য গতাঃ স্বর্গমক্ষয়ং পরমেশ্বরী ॥২॥

হেঃ দেবী ! হেঃ পরমেশ্বরী ! মী খুদিংগী মঙ্গল পোক্নবী ভক্তি অমসুং মুক্তি পীনবী তুলসী দেবীদ চৎজরবদি মী খুদিংমক অমাং-অতা লৈত্রব স্বর্গ ফংই ॥২॥

হিতার্থং সর্ব্বলোকনাং পৃথিব্যাংরোপিতা পুরা।
যথা বিষ্ণুপ্রিয়া লক্ষ্মী যথা ত্বং হর বল্লভা।
তথেয়ং তুলসী দেবী চতুর্থী নোপপদ্যতে ॥৩॥

মমাংঙৈদ জীব পুন্নমক্তী কনবশীদমক পৃথিবীদ ভগবাণ মহাবিষ্ণুন তুলসী থাখি। শ্রীনারায়ণগী চায়মরী লক্ষীগুম শিব ঐবী চায়রবী নংগুম শ্রীহরিগী চায়বী অপাম্বী ওইখি। মহোল অহুম অসিদ মাগুম চায়বী মরিগুথ পোৎ অমত লৈত্রে ॥৩॥

যথা গঙ্গা পবিত্রাহি সর্ব্বলোকে বিমোক্ষদা।
তথেয়ং সর্ব্ব পাপানাং তুলসী পাপ হারিনী ॥৪॥

গঙ্গান মী পুন্নমকপু পাপ পুন্নমক্তগী অবান থুবম পীবিহুন অশেঙ্‌ব ওইরি। অসিগুম তুলসীন জীব থিবিকী পাপ পুম্ব কোকশিন্নি ॥৪॥

সমঞ্জরী দলৈ যেন তুলস্যা বিষ্ণুরর্চ্চিতঃ।
তস্য পুণ্য ফলং দেবী কথিতং নৈব শক্যতে॥৫॥

হেঃ দেবী! মঞ্জুরীগ লোয়নব তুলসী পত্রন ভগবাণ শ্রীবিষ্ণুগী পূজা তৌজগ্রব মহাকী পুন্য ফল অদু ঐন হায়ব ঙমদ্রে ॥৫॥

ত্রিষু লোকেষু বিখ্যাতা সর্ব্বপাপ প্রণাশিনী।
সর্ব্বকাম্‌ প্রদা দেবী সর্ব্বমঙ্গল দায়িনী ॥৬॥

হেঃ দেবী! মহোল অহুম অসিগী মনুংদ পাপ পুম্ব কোকহনবী অপাম্ব পুম্ব পীনবি মী পুন্নমকপু মঙ্গল পীনবি হায়ন তাংতু কাওরিবীনি ॥৬॥

সংসার সাগর ঘোরে তুলসীদৌ করুণিনী।
দেবানাং শিবগৌর্য্যাঃ পরং তুষ্টি প্রদায়িনী ॥৭॥

অকীবগী মশক ওইরব সংসারগী সমত্র লানবদ হিগী মশক ওইরিবী তুলসী দেবীবু পূজা তৌজরবদি, শিব, দূর্গা, অমস্থং লাই পূম্নমক্ত পেনবী ॥৭॥

কলুষৌ ধাতুরণাঞ্চ সেয়মেকো মহৌষধি ।
তত্রৈবো দারহন্তী মমিতিহাসং পুরাতনং ॥
মরীচিরাম সম্বাদং তৎশৃনুস্ব বরাননে ॥৮॥

কলিগী পাপ্ত রারব জ বশিংগী তুলসী দেবীতন হিদাক ওইরিবনি। হেঃ মায়থোং নিংথিবী ! অসিগী কূইরব থৌথোক অমগী রারি অম নঙোন্দ লীগে ! মমাংঙৈদ মহর্ষি মরীচিন রঘু শাগেগী অথোইব শ্রীরামচন্দ্রদ হাগখি অচু ০ংন পুক্লিং চঙ্ন তারো ॥৮॥

পুরা রঘুকুলধর্পো বেদ বেদাঙ্গ পারগম্ ।
পূজয়িত্বা যথান্যায়ং মুনশ্চক্রে মহামতিঃ ॥৯॥

মমাংঙৈদ পুকচেল চাওরব রঘু শাগেগী অথোইব অযোধ্যাগী মবুঙো শ্রীরামচন্দ্রন বেদবেদাঙ্গ হৈরব মরীচি কৌব ঋষিদ শাস্ত্রন হায়ব মতুংইন্ন হুমিং খুদিংগী ওইন মাগী পূজা তৌজগে হায়ন লেপ্লহুন পূজা তৌব হৌখি ॥৯॥

এবং প্রতিদিনং যত্র যথাকালং সমাচরেৎ ।
অচিরেনৈব কালেন তুষ্টোহভূমুনি সত্তমঃ ॥১০॥

শ্রীরামচন্দ্রন মতম অদ্ভুত অসিগুম্ম হুমিং খুদিংগী ওইঁন মরীচি ঋষিবু পূজা তৌব হৌখি। মতম থরগী মতুংগ্দ মরীচি মুনিন্ন থোইন পেনখি।।১০।।

সন্দদৌচ স্রজং দিব্যাং শ্রীরামায় পরাৎ পরম।
তুলসীবন জাতাঞ্চ মঞ্জরী পুষ্প ধারিনীং।।১১।।

মহামুনি মরীচিন পেল্লতুন বনদগী পোকখ্রবী তুলসী মঞ্জরী মপাল অমস্মুং মনা য়াওবন লেংলব পরেং অম শ্রীরামচন্দ্রদ কংখি।।১১।।

চতুর্বেদময়ীং দিব্যাং দদৌ রামস্য মূর্দ্ধানি।
তামাদায় ততস্তূর্ণং মঞ্জরী পত্র শালিনী।
দৃষ্ট্বাচ ক্রোধ ভগবান্বাচ মুনিপুঙ্গব।।১২।।

বেদ মরিগী মশক ওইবা তুলসী মঞ্জরী মনাগ কোম্নব পরেং অদু লৌখৎলগ মরীচি মুনিন শ্রীরামচন্দ্রগী কোকথক্ত থোনখি। অদু উবদ ভগবাণ শ্রীরামচন্দ্রন অশাওবগ লোননন মরীচি ঋষিগী মফমদ হায়খি।।১২।।

অহো কিম বলেপোঽয়ং ব্রাহ্মণস্য মহাত্মনঃ।
বনস্পতেঃ পত্রজাতং কথং দত্তং মমোপরি।

ওহোকপনি! কয়াদ গুকথ্রব! পুকচেল চাওব ব্রাহ্মণগী করি মতৌনো? বনদ হৌব উনাগী পুরেংবু ঐগী কোকথক্ত হাপ্পিরিবসে।।১৩।।

আশির্ব্বাদ দ্বিজাতীনাং গ্রাহ্যেমতি মতামিতি।
ততোহহং মুনিশার্দ্দূল অবলেপং বহামিতে ॥১৪॥

হেঃ মুনি অথোইব ! পুকচেল চাওবশিংগী মরীদ অতোপ অতোম্ম জাতিশিংন ব্রাহ্মণগী মকমদগী আশির্ব্বাদ লৌনম্নিবনি । অদুদ মুনিন ইথল থম্বীদন অশেংব নারক হোব অচম্ব উনা পরেং অম ঐগী কোকথক্ত হাপ্লিন্নি । অসি হায়ন কোকথক্তগী তুলসী পরেং অদু লাম্ন লৈবাক্ত লত্থোকখি ॥১৪॥

এতৎশ্রুত্বাতু বচনং রামস্যাশুরুষান্বিতং ।
শশাপ তুলসী দেবী রাঙ্কনং রঘুনন্দনং ॥১৫।

শ্রীরামচন্দ্রগী অসিগুম্ব অশাওব রাহৈ তাবদ তুলসী দেবীন শুদক্ত শ্রীরামচন্দ্রগী মকমদ শাপ তৌখি ॥১৫॥

যস্মান্মদাপলেপেন শিরিশো মাং বিমুক্তবন ।
তস্মাদ্রাজেন্দ্র বৈদেহ্যাবিয়োগস্তে ভবিষ্যতি ॥১৬॥

হেঃ নিংথৌ অথোইব ! ঐবু থগুদমুন ঐগী মশক ওইব পত্র অমসুং মঞ্জরীগী পরেংবু কোক্তগী লৌথোক্লগ লৈবাক্ত হুন্দোকপগুম নংগী লোম্নবী বিদেহ নিংথৌ মচানুপী জানকী সিতাগ থুনমক কাম্নব ওইগ্নু ॥১৬॥

শাপশ্রুত্বাং তাং ততোদৃষ্টা সীতা হৃদয় বল্লভঃ ।
সক্রোধনয়নো দেবী বিদমাহ মহামতিঃ ॥১৭॥

তুলসী দেবীন তৌখিব শাপ অদু তারগা বানরশিংগী অমখোইব শ্রীরামচন্দ্রন অশাঙব মীৎয়েংনা তুলসীগী মকমব শাপ ভোগে ভোইরক্লে ॥১৭॥

মরীচি উবাচ :—

তর্পর্ণনে· মরীচি হঙেনঃ—

সুপ্রসাদ মহারাজ প্রজাপি শরণং তব ।
কথয়ামি পুরাব,ত্তং বিচিত্র মুনিভাষিতং ॥১৮॥

মতু উবদ মরীচিন হায়রবি—"মহারাজ শাওবিগদু ঐন নঙমদ চংজরি। মমাংদগী মুনিশিংনা হায়নখিব বারি নৈত্রে মতু ঐ· অসুক নীজগে তাবিয়ু ॥১৮॥

এষাহি তুলসীমালা ময়া দত্তা সুরেশ্বরে ।
অস্যা বিচিত্র মাহাত্ম্যং মত্ত' সর্ব্বং·নিশাময় ॥১৯॥

হেঃ লাইশিংগী মবুংঙো শ্রীরাম ! ঐন ইবুঙোদ কৎখিব তুলসী পরেং অসিগী মতীক মগুণ করম মওংনো হায়রব অদু ঐ হায়জগে তাবীয়ু ॥১৯॥

ইয়ংহি বৃক্ষরূপেন মহালক্ষ্মী প্রতিষ্ঠিতা ।
বাক্মীয়ং পরমা শক্তি ব্রহ্মণো রোম সম্ভবা ॥২০॥

অসিগুম্বী মহালক্ষ্মীগী মশক ওইরবী তুলসীন মর্ত্তলোক উপাবী ওইনা হৌখি । মহাক অসি ব্রহ্মলোকতগী প্রমাণী তু-লসী পোকখিবী

জুগেহুইবী ব্রহ্মশক্তি ওইহুৱিবীনি। হায়বদি সাক্ষাৎ নারায়ণীণী মশক ওইহুৱিবীনি ॥২০॥

ঋগ যজুঃ সাম বেদাদ্যা শাখা চক্র সমন্বিতা।
যথা গঙ্গা যথা গীতা গায়ত্রীচ যথা মাতা ॥১১॥

মশা মন্নি লোঙ্‌বী ঋগ যজু, সামনচিংব বেদ মন্নিন শেংবগুয় অমদি গঙ্গা গীতা গায়ত্রী অসিন মরোল অহুমকপু শেংবীবগুম ব্রহ্মাদগী পোংকথিবী পূনমক্ষীতু মমা ওইহিবী মন্নল গীনহৈবী তুলসী দেবীনি ॥২১॥

যত্রৈষা বিদ্যতে সম্যক তত্র লক্ষ্মীঃ প্রতিষ্ঠিতা।
ইমাং বিনা তথা লক্ষ্মী বিনাশয়ো পুজয়েত ॥২২॥

অসিগুয় পূনমকপু অপোকপীবী মশক ওইহিবী তুলসী দেবীন হৌরিব মকম অনুদ লক্ষ্মী লেঙনন হৈ। তুলসী ক্ষৌন্নব মকম অনুদ লক্ষ্মী হৈরক্তে ॥২২॥

এষা মারাধ্য দেব দেব মহাদেব জগৎপতি।
অসুর ঘোর নামান জয়ত্রেন সঙ্গরে ॥২৩॥

মাইগী লাই ওইব জগৎ মপু মহাদেবন তুলসী দেবীবু নিঙ্‌জবন দানকমুদ ঘোর কৌব হিংচাবরু জয় ওইব ওমথি ॥২৩॥

এবমেষা মহাদেবী তুলসী বিজয়শালিনী।
ত্যম প্যারাধ্যায় যেষাং বিজয় প্রাপ্তিরেবং ॥২৪॥

মরম অসিন হেঃ রাম! অসিগুম্বী মহাদেবী ওইবী তাইবংপা-নবী মপু ওইবী তুলসীবু পূজা তৌবিয়ু শোয়দন মঙ্গল ওইগনি ॥২৪॥

এতৎশ্রুত্বাতু বচনং মহর্ষের্মধুসূদনঃ।
জগ্রাহ তুলসী মালাং প্রণিপত্যচসাদরং ॥
জগ্রাহ বিটপতস্যা সর্ব্বকাম ফলপ্রদং ॥২৫॥

মহর্ষি মরীচিগী ৱাহ তাৱগ মধুসূদন শ্রীরামচন্দ্রন জয ওইনিংদুন তুলসী পরেংবু য়ায় লূন তৌখি অমসুং য়ায় অপাম্বগ লোংনন তুলসী পরেংবু কোক্ত অমুক হন্ন হাপকৎখি ॥২৫॥

ততস্তং ধর্ম্মমাস্থায় জগাম স্ব গৃহং প্রতি।
রোপয়িত্বা যথা ন্যায়ং পূজয়ামাস রাঘবঃ ॥২৬॥

অসিগী মতুংদ রঘু শাগেগী মপু শ্রীরামচন্দ্রন অশেঙ্ব ধর্ম্মদ চঙ্দুন য়ুমদ লাক্লগ লাইরিক্র হায়ব মতুংইন্ন তুলসী পাম্বী থাৱগ সুমিং খুদিংগী তুলসীবু পূজা তৌব হৌখি ॥২৬॥

যে চার্চ্চয়ন্তি মনুজা রোপয়ন্তি যথাবিধি।
কুর্ত্তয়ন্তি চ যে লোকাস্তেষাং সিদ্ধি র্ভবিষ্যতি ॥২৭॥

মী পুন্নমক নিয়ম চুম্ন তুলসী পাম্বী থাৱগ সুমিং খুদিংগী পূজা তৌজব অমসুং তুলসীগী মগুণবু শক-শোঙ্গরবনি তৌজরিব থবক পুন্নমক পাঙ্থোকপ ঙমজগনি ॥২৭॥

## মৎশ্রা শূকে তুলসী রোপন ও পূজা বিধি।

সজলং তুলসী পত্রং শিরসা ধারয়ন্তি যে।
অর্ঘ্যং দত্ত্বা নমস্কৃত্য মুক্তিস্তেষাং করেস্থিতা ॥২৮॥

অসিগুম্ন তুলসী গচুম অমস্থং পত্রবু কোক্ত হাপচরব নিয়ম চুম্ন অর্ঘ্য কৎতুন পূজা তৌজরব মীশিং অতুদি মুক্তি হায়বত্নু থৃত্ত পায়রব-গুম্বনি ॥২৮॥

নদী তীরে শ্মশানেচ উষরে ম্লেচ্ছ সন্নিধৌ।
এনাং রোপনং যান্তিমর্ত্ত্যা যমালয়ে ॥২৯।

তুরেল মপান্ম মোংফমদ উংপুংদ অমদি ম্লশমী য়ুমব তুলসী থারবদি মনগী য়ুমদ চংলি। হায়বদি চাওগ্রব নরক তাই ॥২৯॥

গৃহস্যৈশান্যাং পুরত খনিত্বা হস্তমাত্রকং।
পঞ্চগব্যং ময়ুরাণ্ডং ক্ষিপ্ত্বা তত্রাদনাগমে ॥৩০॥
রোপয়িত্বা নিশাভাগে সুত্রেনাবেষ্টা সম্ভবা।
তন্মূলে পিণ্ডিকাং গৃহা হস্তমাত্রং সুবর্ত্তুলাং ॥৩১॥

লৈরিব য়ুমগী মমাংদ নত্রগ চীংথৈরোমৃদ নত্রগ সুমাং ময়াইদ থুত্নপ অম লুন তৌরগ মত্নগী মতুংদ অয়ুক্ত পঞ্চগব্য হৈজিল্লু কোম মতুংদ রাহোং মরুম অম থাদরো অত্নগ তুলসী অত্নু নিংথিন থারো। অকোয়ব মায়কৈ মরিদ চৈ মখি য়ুংলো অত্নগ তুংদাংদ লংজা ৭ না

য়ুংলিব চৈ মরি অহুবু চীংখৈরোমদসী হৌন ৭ লক হুয় য়েংশিনু মখোঙ অকোয়বহ্ন লৈবাক্ত তুম্বক তুম্ন থোনগনি অতুসী অকোয়বদ চিথেক মরি নাইন লৈবাক থোক্কিসুন নিঙথিন শেমগনি ॥৩০॥৩১॥

তুলসী পূজা :—

বারি ধারাঞ্চ নিঃক্ষিপ্য পূজয়েন্মতিমানমরঃ ।
গন্ধপুষ্পৈ স্তথাধূপৈশ্চঘৃত প্রদৈৈঃ ॥৩২॥

বেদীদ লৈরিব তুলসী পাম্বীদ মন্ত্র শোল্লগ ঈশিং হৈথহ্নন স্নান তৌহনগনি ; অছুগ চন্দন, ধুপ ঘীগী থাউমৈ কৎকনি মতৌ অম্নুন্ন পূজা তৌগনি ॥৩২॥

পায়সৈ দ'ধিভক্তৈশ্চ পূজয়িত্বা যথা বিধি ।
তুলস্যৈ নমঃ ইত্যুক্তা দদ্যা দর্ঘ্যং বিভুতয়ে ॥৩৩॥

শঙোম অফস্ব তোৎলব অহাওব চাক্ল হোনবী মতুংইন্ন পূজা তৌরগ "তুলস্যৈনমঃ" হায়ব মন্ত্র অসিন তুলসী দেবীদ অর্ঘ্য কৎচরবদি মতীক মঙণ চাওব পীনবি ॥৩৩॥

শঙ্খস্থিতং তোয়পূর্ণং দুর্ব্বাক্ষত সচন্দনং ।
কুশাগ্রস্থ সপুষ্পাঞ্চ এতদর্ঘ্যং মুদীরিতং ॥৩৪॥

মথকী মন্ত্র অসিন মোইবুংদ ঈশিং, চন্দন, জিংতৌ, লৈ, চেং, কুশ মতোল য়াওন তুলসী দেবীদ অর্ঘ্য কৎকনি ॥৩৪॥

তুলসী ধ্যান ঃ—

ধ্যা'য়েদ্দেবীং নবশশীমুখিং পক্কবিম্বাধরোষ্টিং ।
বিদ্যোতন্তীঃ কুসুমশতয়াং নম্‌রকরাজ যষ্টিং ।।
ঈষদ্ধাস্যং ললিত বদনাং চন্দ্র সূর্য্যাগ্নি নেত্রাং ।
শ্বেতাঙ্গীং ভীতিহর বরদাং শ্বেতপদ্মাসনস্থাং ।।৩৫।।

থোরকপদ তাথরিব থাগী মায়থোং ওইবী, চিনবালন অমুনব তথাল মানবী বক্কন্তগ অনিম মোয়-পেম্ম তনিক-তনিক ফজবী নোঙ্গুকপী তকচাং মোঙ্গ-পেনবী চৈতু খুন্ত পাংবী মোথোন নোকপী মায়থোংগী ওইবী মায় ফজবী মীং অনিম সুমিং-থাগুম লংবী কুচু ঙোৱী থোইদোক্ত বিদবীগী শকফম ওইবী থম্বাল অতোবদ ফম্বী তুলসী দেবীবু অসুম নিঙ্‌জগনি ।

মথংদ অতুম্ব পোংলম তবাতক্কফ নত্রগ পোংলম্র মতান তুলসী দেবীবু পূজা তৌজবগ পুক্কিং অনি লোঙ্‌গন মথাগী স্তোত্র অসি থীগনি ।।৩৫।।

তুলসী স্তোত্রং ঃ —

মৎস্য সূক্তে ঈশ্বর উবাচ ঃ—

ইন্দ্রাদৈঃ সকলো 'দ'বৈ প্রচ্ছিতাং সুরসুন্দরীং ।
ভক্তানাং বরদাং বন্দে তুলসী সৌম্যরূপিনীং ।।৩৬।।

ইন্দ্রনচিংব লাইশিংন পূজা তৌগ্রবী অয়িংব শকম ওইবী ভক্তশিংবু বর পীনবি তুলসীবু খুরুমজরি ।।৩৬।।

নাদ বিন্দু কলাতীতাং মুণ্ডমালাং তপস্বিনীং।
বাসুদেব রতাং বন্দে তুলসীং সৌম্যরূপিনীং ॥৩৭॥

খোম্বোক মরিক অমসুং কলাবিতপী খোইদোকপ শক্তম ওইদিবী মী মকোক পংংন লৈতেংবী বাসুদেবদ পুক্নিং লৈবী অখোইব তপস্যাদ লৈবী অমিংব শক্তম ওইরিবী তুলসী দেবীবু খুরুমজরি ॥৩৭॥

সর্ব্বদেব ময়ীং দেবী দেবগর্ভাং মনোরমাং।
যোগগম্য মহংবন্দে তুলসীং সৌমরূপিনীং ॥৩৮॥

দেবগর্ভা গাযত্রীগী মশক ওইবী লাই পূম্নমকী শক্তম ওইবী অখোইবী পুক্নিং হুরবী অমিংব শক্তম ওইরিবী যোগীশিংন যোগ তৌরিবী তুলসী দেবীবু খুরুমজরি ॥৩৮॥

সুরাসুর বিশেষজ্ঞাং সর্ব্বলঙ্কার ভূষিতাং।
ত্রিজগত জননীং তুলসী সৌম্যরূপিনীং ॥৩৯॥

লাই হিংচাবশিংগী মরম খোইন খঙবী অচুম-চুমদ লৈরিব পুম্ন খঙবিরিবী তুলসী দেবীবু খুরুমজরি ॥৩৯।

পদ্মহস্তাং পদ্মমুখীং পদ্মস্থাং পদ্মলোচনাং।
লক্ষ্মীরূপা মহং বন্দে তুলসীং সৌম্যরূপিনীং ॥৪০॥

থম্বাল মায়থোং ওইবী থম্বাল খুত্ত পায়বী থম্বাল মিৎতা তাবী থম্বালদ ফম্বী লক্ষ্মীগী মশক ওইবী অমিংব শক্তম ওইরিবী তুলসী দেবীবু খুরুমজরি ॥৪০॥

সংক্রান্ত্যাঞ্চৈব পক্ষান্তে গ্রহণে চন্দ্রসূর্য্যয়োঃ।
যঃ পঠেৎ সংযতোভূত্বা সর্ব্বসিদ্ধি মবাপ্নুয়াৎ ॥৪১॥

সংক্রান্তি তুনিং পূর্ণিমা অমাবশ্যা, থা নত্রগ তুনিংকী গ্রহণ তৌরিঙৈদ ভক্তিগ লোয়নন অসিগুম্ব তুলসী স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজববদি নিংতিব পূম্ব থুংই ॥৪১॥

বিনা মন্ত্রং বিনা জপং বিনা যজ্ঞং বিনা ক্রিয়াং।
বিনা ধ্যানং বিনা তীর্থং সর্ব্বসিদ্ধি করং ভবেৎ ॥৪২॥

মন্ত্র শোন্দুন, জপ তৌব, ধ্যান তৌব তীর্থ স্নান তৌব হাযম্বিব পুম্ব করি অমত তৌদন তুলসী দেবীগী স্তোত্র অসিবু পুক্লিং অমত ওইন পাঠ তৌজববদি সিদ্ধি পুম্নমক লাযন ফংই। ৪২॥

ইদং গুরুকৃতং স্তোত্রং যঃ পঠেৎ সূনুয়াদপি।
মুক্ত করতলে তস্যমুক্তঃ সহিনসংসয় ॥৪৩॥

মী মহাক অম্বুন অসিগুম্ব জগৎ গুরু শ্রীমহাদেবন তৌখিব স্তোত্র অসিবু পুক্লিং অমত ওইন পাঠ তৌজববদি মুক্তি হায়বদু খুবাকৃত লৈরবনি। হায়বদি হিংনে হিংন লাম্নবনি মসিদ করি চিংননিংঙাই লৈত্রবনি ॥৪৩॥

মতাং অসিদ তুলসী স্থাপন রোপন পূজা বিধি ভাকপ
মরিগুব লহরি লোইরে ॥

---

মগুাগুবা লহরি

# তুলসী কাষ্ঠ অমসুং তুলসী মালা, হৈগ্রু মালা, পদ্ম মালা শিজিন্নবগী নিয়ম অমসুং কান্নব

বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরে :-

ততঃ কৃষ্ণার্পিতা মালঃ ধারয়েৎ তুলসী দলে।
পদ্মাকৈ স্তুলসী কাষ্ঠৈঃ ফলে ধাত্র্যাশ্চ নির্ম্মিতা ॥১॥

তুলসী মাঙৌব অমসুং অমুব পত্রন লোংব পরেং, তুলসী কাষ্ঠন লোংব থমচেৎ মরুন লোংব, হৈগ্রু মহৈন লোংব পরেং শ্রীবিষ্ণুগী কংলব মতুংদ শুকশমদ শিগনি ॥১॥

ধারয়ে তুলসী কাষ্ঠ ভূষানি চ বৈষ্ণবঃ।
মস্তকে কর্ণয়ো র্বাহেবাঃ করয়োশ্চ যথারুচি ॥২॥

সংসারদ লৈরিব মপুক্কিং লোপ্পব শ্রীবিষ্ণুগী ভক্ত ওইবশিংন কোক্ত, না মনিদ, পাম্বোম অনিদ, খুৎ অনিমক্ত তুলসী কাষ্ঠন লোংব মালা অশাব লৈজেং শিগনি ॥২॥

তথাচ স্কান্দে :—

সংনিবেদ্যৈব হরয়ে তুলসী কাষ্ঠ সম্ভবাং ।
মালাং পশ্চাৎ স্বয়ং ধত্তে সবৈ ভাগবতোত্তমঃ ।।৩।।

তুলসী কাষ্ঠন লেংব মালা (লিক) শ্রীবিষ্ণুন নিংখিন কৎলব মতুংদ শিরিব মী অদো ভাগ্যবান্গী অথোইব মনাই ওকনি ।।৩।।

তথাচ স্কান্দে : –

শ্রীকৃষ্ণ অনর্পিত মালা ধারণ নিষেধ ।

হরয়ে নার্পয়েদ যস্তু তুলসী কাষ্ঠ সম্ভবাং ।
মালা ধত্তেয় স্বয়ং মূঢ় স যাতি নরকং ধ্রুবং ।।৪।।

শ্রীকৃষ্ণদ কৎতব মালা ( লিক ) শিব য়াদে। তুলসী কাষ্ঠন লেংব মালা (লিক) শ্রীবিষ্ণুদ কৎতন শিন্নবদি নরক তাই ।।৪।।

তথাচ মৎস্যাসূক্তে :—

অথ মাল্য শোধণ ।

ক্ষ্যালিতাং পঞ্চগব্যেন মূলমন্ত্রেণ মন্ত্রিতাং ।
গায়ত্র্যা চাষ্ট কৃত্যোত্তি মন্ত্রিতো ধূপয়েচ্চতাং ।
বিধিবৎ পরয়া ভক্ত্যা সদ্যোজাতেন পূজয়েৎ ।।৫।।

অহানবদ পঞ্চগব্যন শেংদোক্লগ মূলমন্ত্র কামবীজমন্ত্র শোনগনি, মালাদ গাযত্রী নিপাল লক জপ তৌরগ অদুগী মতুংদ অমুক হম্ন কামবীজ মন্ত্র শোনগনি । মথংদ ধুপ থারগ মৈথু য়ৈহনগনি। মতুংদ ভক্তিগ লোযনন বেদমন্ত্র "সদ্যোজাত" হায়ব মন্ত্রন পূজা তৌরগ শিবগী ব্যুহমূর্ত্তি থোইদোকপ মন্ত্র "হৌং" বীজন পূজা তৌগনি ।।৫।।

মালা ধারণ মন্ত্রঃ—

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতে মালে কৃষ্ণজন প্রিয়ে।
বিভর্মিত্বা মহং কণ্ঠে কুরুমাং কৃষ্ণ বল্লভং ॥৬॥

হেঃ তুলসী কাষ্ঠনা শেম মালা! হে; কৃষ্ণগী চান্নবী! ঐন নহাকপু শিজন্নি, ইবেম্মন নন্নাইবু শ্রীবিষ্ণুগী নাক্ত পুশিনবীয়ু, ইবেম্মদি শ্রীবিষ্ণুগী চান্নবী ভক্ত দেবীনি ॥৬॥

যস্মাত্বং বল্লভা বিষ্ণু নিত্যং বিষ্ণুজন প্রিয়া।
তথা মাং কুরুদেবেশি নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়ং ॥৭॥

হেঃ তুলসী মালা! হেঃ লাইগী নবেম্ম! ইবেম্মদি শ্রীবিষ্ণুদ ভক্তি থৌবীনি শ্রীবিষ্ণু ভক্ত অথাইবীনি। ইবেম্মবু শ্রীবিষ্ণুন চানবীব বিষ্ণুভক্ত ওইবগুম ঐহাকপুসু বিষ্ণুদ ভক্তি লৌহনবীয়ুন শ্রীবিষ্ণুগী মনাই ভক্ত অম ওইহনবীয়ু ॥৭॥

স্কান্দে মালা শব্দ ব্যুৎপত্তিঃ—

মালে "মা" ধাতুরুদ্দিষ্টৌ "লা" দানে হরি বল্লভে।
তাভ্যাঞ্চ সমস্তভ্য স্তেহ মালা নিগদ্যতে ॥৮॥

হেঃ হরিপ্রিয়ে তুলসী মালা! "মা" শব্দন অনিঙ্ব বল "লা" শব্দন পীবিব পূনশিন্নগ শ্রীকৃষ্ণভক্ত অপুম্বগী অনিঙ্ব লিজন্নিব পূম্নমকপু পীবি হায়বগী মালা কৌথি ॥৮॥

এবং সম্প্রার্থ্য বিধিবন্মালাং কৃষ্ণগলেঽর্পিতাং।
ধারয়েদ্বৈষ্ণবো যো হি স গচ্ছেদ্বৈষ্ণবং পদং ॥৯॥

অসিগুম্ব শ্রীবিষ্ণুদ কৎলগ শ্রীবিষ্ণুগী গুকশীঙদ নিংথিজ্জ থোজব মালাবু নির্ম্মাল্য ওইন গুকশংদ শিজ্জবব মী অদু শিরব কালদ শ্রীবিষ্ণু পদ ফংই। ৯॥

তথাচ গারুড়ে :—

ধারয়ন্তি ন যে মালাং হৈতুকাঃ পাপবুদ্ধয়ঃ।
নরকান্ন নিবর্ত্তন্তে দগ্ধা কোপাগ্নিনা হরেঃ ॥১০॥

পাপকী রাখদ চেনব মীশিংন মরম অসি থগুন থগু ন তুলসী মালাবু শিদে। মথোয়দু শ্রী হরিগী অশাওবন মৈন চাকুন নরকতা তাই ॥১০॥

তথাচ স্কান্দে :—

নিত্যঞ্চ তুলসীমালাং যুক্তো যশ্চার্চ্চয়েদ্ধরিং।
যদ্ যৎ করোতি তৎ সর্ব্বমনন্তফলদং ভবেৎ ॥১১॥

মী মহাক অদুন তুলসী মালাবু থাদোক্কন (হাংবদি গুকশবদ) শিহুন ছুমিং খুদিংগী শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌজরবদি মথোবন তৌজরিব থবক পুমমক অদুগী মহৈ লোইব মাইপন পীবি ॥১১॥

তথাচ নারদীয়ে :—

যে কণ্ঠসক্ত তুলসী নলিনাক্ষ মালা।
যে বাহুমূল পরিচিহ্নিত শঙ্খ চক্রাং॥
যে বা ললাট ফলকে লসদূর্দ্ধ পুণ্ড্রাঃ।
তে বৈষ্ণবা ভুবন মাশু পবিত্রয়ন্তি ॥১২॥

মী অতুন তুলসী কাষ্ঠমালা পদ্ম মালা ওকশমদ শিজন্নব অতুগ পাম্বোমদন শঙ্খ চক্রনচিংবী খুদম য়েকপ, লাইবক্তন গোপীচন্দন শিবি নাইন ফজন থীনব অসিগুম্ব বিষ্ণুভক্ত ওইব নিপা অসি মরোল অহুন অসিগী মনুংদ মাগুম্ন শেংব ভক্ত অম লৈতরে ॥১২॥

তথৈব নারদীয়েঃ —

ভূজযুগমপি চিহ্নৈ রঙ্কিতং যস্য বিষ্ণোঃ ।
পরমপুরুষনাম্না কীর্ত্তনং যস্য বাচি ॥
ঋজুতমপিপুণ্ড্রং মস্তকে যস্য কণ্ঠে ।
সরসিজমনিমাল্যং যস্য তস্যাস্মি দাসঃ ॥১৩॥

দেবর্ষি নারদ মশামক্ত হায়খিঃ— মী মহাক্কী পাম্বোম অনিদ শ্রীবিষ্ণু চিহ্ন য়েন্নব হায়বদি শঙ্খ চক্রগী মচৌক পাম্বোম অনিদ চন্দোন থীনব। তোয়ন হরিগী নাম শোনব, যাম্ন শেংন শিরি নাইন লাইবক্ত চন্দোন থীনব, খোরিদম্নু চিহ্ন যাওন চন্দোন থীনব পদ্ম মালান মণিগী পবেংগুম্ন খোবিদ শিন্নিব মহাক আদো অশেংব শ্রীবিষ্ণু ভক্তনি ॥১৩॥

তথাচ বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরেঃ—

তুলসীকাষ্ঠমালাঞ্চ কণ্ঠস্থাং বহতেত্তু যঃ ।
অপ্যশৌচোপ্যনাচারো মানবঃ শুচিরেবচ ॥১৪॥

তুলসী কাষ্ঠ মালাবু তত্তন ওকশমদ শিন্নুন লৈরিব মী মহাক অতু শেংদব লমচৎ নাইদব ওইসন্নু মতম পুম্নমক অশেংবনি ॥১৪॥

তথাচ স্কান্দে ঃ—

**ধাত্রী ফলৈঃ কৃতামালা তুলসীকাষ্ঠসম্ভবা ।**
**দৃশ্যতে যস্য দেহেতু সর্বে ভাগবতোত্তমঃ ॥১৫॥**

হৈগ্রে পবেং অমস্নুং তুলসী কাষ্ঠমালা ঙকশমদ শিত্নুন হাংবদি মতম পুম্নমক্ত থাদোক্তন লৈবিব মী অত্নু অথোইব ভগবানগী ভক্তনি হায়ন সংসাবদ খঙ্নগনি ॥১৫॥

**যঃ পুনস্তুলসীমালাং কৃত্বা কণ্ঠে জনার্দ্দনং ।**
**পুজয়েৎ পুণ্য মাপ্নোতি পুষ্পং দত্তং গবা ঘৃতং ॥১৬॥**

তুলসী মালা ঙকশমদ শিরগ ভগবান শ্রীজনার্দ্দনগী সেবা তৌজবিব মী মহাক অত্নুন অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং শরাবক তৌবগী ফল ফংই ॥১৬॥

**যাবল্লুণ্ঠতি কণ্ঠস্থা ধাত্রীমালা নরস্যহি ।**
**তাবত্তস্য শরীরেতু প্রীত্যা লুণ্ঠতি কেশব ॥১৭॥**

তুলসী মালা নত্রগ হৈগ্রে পরেংন ঙকশমদ হাইত্নুন লৈরিবমথে মী অত্নগী মশাদ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ লেঙদন লৈ ॥১৭॥

**স্পৃশেচ্চ যানি লোমানি ধাত্রীমালা করে নৃনাং ।**
**তাবদ্বর্ষসহস্রানি বসতি কেশবালয়ে॥১৮॥**

তুলসী মালা অমস্নুং হৈগ্রেমালা পুম্ন শিরিব মীবু মী মহাক্ত থুংন শোকচবব মী অত্নুগী মশাদ হৌরিব তুগী মশিং অত্নুক চহি লিশিং লিশিং চুপ্ন শ্রীবিষ্ণুধামদ লৈ ॥১৮॥

যাবদ্দিনানি বহতে ধাত্রীমালাং কলৌ নরঃ
তাবদ যুগসহস্রানি বৈকুণ্ঠে বসতি ভবেৎ ॥১৯॥

কলিগী যুগত হৈগ্রে পবেংবু ঙকশমদ শিহুন লৈরিব মতম অতুক যুগ লিশিং লিশিংগী চাংদ মথোয় অতুন গোলোকত লৈ ॥১৯॥

মাল্য যুগ্মঞ্চ যো নিত্যং ধাত্রীতুলসীসম্ভবং ।
বহতে কণ্ঠদেশেচ কল্পকোটি দিবং বসেৎ ॥২০॥

মী মহাক অতুন তুলসী মালা হৈগ্রেমালাবু পূন্ন ঙকশমদ শিরিব। কোটি কল্প কয়াগী মতম শ্রীবিষ্ণু লোক্ত লেঙ্দন লৈ ।২০॥

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতাং যো মালাং বহতে নরঃ।
ফলং যচ্ছতি দৈত্যারিঃ প্রত্যহং দ্বারকোদ্ভবং ॥২১॥

তুলসী কাষ্ঠ মালা ঙবশমদ শিহুন লৈরিব মী অতুবু দৈত্যাগী যেক্লব পুণ্ডরীকাক্ষ শ্রীবিষ্ণুন লেঙদন লৈবগী মবম্ন নিতিগী দ্বারকা ধামদ লৈবগী ফল পিবি ॥২১॥

বহতে যো নরো ভক্ত্যা তস্য নৈবাস্তি পাতকং ।
সদা প্রীতিমনা স্তস্য কৃষ্ণো দেবকী নন্দনঃ ॥২২॥

ভক্তিগ লোয়নন তুলসী কাষ্ঠ মালাবু ঙকশমদ শিহুন লৈরিব মী অতুগী মশাদ পাপকী শরুক অয়ত লৈত্রে। ভগবান দেবকী নন্দন শ্রীকৃষ্ণন মাগী মফমদ পেন্দুনত লৈ ॥২২॥

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতাং যো মালাং বহতে নরঃ।
প্রায়শ্চিত্তং ন তশ্যাস্তি না শৌচং তস্য বিদ্যতে ॥১৩॥

তুলসী কাষ্ঠ মালাবু ঙকশমদ শিরিব মী অহুন তৌখিব করিগুম্ব পাপকী প্রাযশ্চিত কী ভঙাইফদব লৈক্তে। অঙাংপোকপগী যুম্বাংবম মহাকপু শোকপ ঙমদে ॥২৩॥

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতাং শিরসো বাহুভরণং।
বাহেবাঃ করেচ মর্ত্তস্য দেহে তস্য সদা হরিঃ ॥২৪॥

তুলসী কাষ্ঠন শাব মালা ঙকশমদ্র শিব অহুগ কোক খুৎ অনিমক্ত, পাম্বোম অনিদ তুলসী কাষ্ঠগী লৈতেংন শিহুন মর্ত্তদ লৈরিব মী অহুগী মশাদ ভগবান নারাযন্ন লেঙ্দন লৈবী ॥১৪।

তুলসী কাষ্ঠ মালাভি র্ভূষিতঃ পুণ্যমাচরেৎ।
পিতৃণাং দেবতানাঞ্চ কৃতং কোটি গুণং কলৌ ॥২৫॥

কলি যুগত তুলসী কাষ্ঠগী মালা শিবগ পুণ্যগী থবক তৌব অমসুং পিতৃশিংগী শ্রাদ্ধ অহুগ দেবতাশিংগী অবাধনা তৌজবব মহাক্কী পুণ্য অমতগী ফলন কোটিরক হন্ন তৌবগী ফল ফংই ॥২৫॥

তুলসী কাষ্ঠ মালাস্ত প্রেতরাজস্য দূতকাঃ।
দৃষ্ট্বা ন যাতি দূরেণ বাতোদ্ধৃত যথা দলং ॥২৬॥

তুলসী কাষ্ঠ মালা ঙকশমদ শিরিব মী অহু উবদ যমগী দূতশিংন লাপ্ন চেনখি। প্রমাণদি উদগী কেল্লকপ উনাবু হুংশিংন হুমহুন লাপ্ন পাইথোকখিবগুম্বনি ॥২৬॥

তুলসী কাষ্ঠ মালাভি র্ভূষিতো ভ্রমতে যদি।
দুঃ স্বপ্নং দুর্নিমিত্তঞ্চ নভয়ং শাস্ত্রজং ক্বচিৎ ॥২৭॥

তুলসী কাষ্ঠগী মালা ওকশমদ শিরগ কোয়ন চৎপ মহাক্কী ফত্তব মং মংবগী ফল ফত্তব অম ফাওব থোক্কে। খুজু খুৎলাইন শোকপগী মওংস্থু করিমতা লৈতে॥২৭॥

মতাং অসিদ তুলসী কাষ্ঠ মালা পদ্ম মালা হৈগ্রুমালা শিজিন্নব হায়ব মঙাশুব লহরি লোইরে।



# পরিশিষ্টাংশ

## হাপচিঞবা

### দ্বাদশাক্ষর মন্ত্র ভজন।

## স্তোত্রং

**ভগবান বাসুদেব সর্ব্ব জীবের সাক্ষী স্বরূপ।**

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় সর্ব্ব জীব সাক্ষীণে নমঃ ॥**

ভগবান বাসুদেব থরাই পানবশিংগী সাক্ষীগী মশক্নি ! উবি উরিব জীব অপুন্স ইবুংগো মহাক্কী শক্তমনি। অতুন ইবুংঙোবু খুরুমজৈ। অথোইব যোগী শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপায়নগী মচা শুকদেব গোস্বামীন শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরগ অসিগুম্ব মযেক তরানিথোইন ওইব স্তুতি অসিবু মযেক খুদিংগী তোপ্প তোপ্প লৈশি লৈথোনখি। মতুদি—

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়ঃ ॥**

মন্ত্র অসি মযেক তরানিথোইন শাবনি। মযেক খুদিংগী তোপ্প তোপ্প শ্লোক অমমম শেমদুনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীন শ্রীবিষ্ণুবু লৈশি লৈথোনখি।

**"ওঁ" ওঁম্বিতিজ্ঞানরূপেণ রাগজীর্ণেণ জীর্নিতঃ**
**কাম নিদ্রাং প্রপন্নোস্মি ত্রাহিমাং মধুসূদনঃ ॥১॥**

হে; মধুসূদন। সংসারগী বিষযদ্দ পুক্নিং চঙ্দুনা লৈবন ভক্তিগী লম্বীদ য়োন্নব অতুগুম্ব চাব তুমত্রবগুম্ব অায়নান চাক্লব অনদি অপাম্বগী

তুম্মিংবন নমহৎখিবন মতুদ পুক্লিং চঙ্তুন লৈবর ঐবু ওঁ হাংব জ্ঞানগী মৃশক ওইরব তত্ত্ব জ্ঞান পীবিহ্নন মায়াগী মশক ওইরব সংসার অসিদগী ননাইবু কনবীয়ু ॥১॥

"ন" নগতির্বিদ্যতে নাথ ত্বমেকঃ শরণং প্রভো।
পাপ পঙ্কে নিমগ্নো স্মি ত্রাহিমাং মধুসূদন ॥২॥

হেঃ মধুসূদন ননায়দি গতি লৈজদে, অমত্ত ওইব চঙ্জকমদি নঙ্তনি। পাপকী লৈখোমদ পুথতুন লৈবিবনি, মসিদগী ননায়বু কনবীয়ু ॥২॥

"মো" মোহিতা মোহজালেন পুত্রদারা গৃহাদিষু।
তৃষ্ণয়া পীড়্যমানোহহং ত্রাহিমাং মধুসূদন ।৩।

হেঃ মধুসূদন মুপী অঙাং ইমুং মমুং য়ুম্মানব হাযব মাযাগী লাংন শুন্মাংলব অমসুং অপাম থৌংাংবগী কল্লব লায়না অসিদগী ননায়বু কনবীয়ু ।৩॥

"ভ" ভক্তি হীনঞ্চ দীনঞ্চ দুখঃশোকাতুরং প্রভো।
অনাশ্রয় মনাথঞ্চ ত্রাহীমাং মধুসূদন ।৪॥

হেঃ ইবুঙো ননাইদি ভক্তি লৈত্রব তোল্লব, থম্মোই শোকপ অম্নাব মাথন্ন নারব ঐহাক্সি অমসুং মপু লৈজত্রব চঙজফমসু লৈজত্রব ঐনি মসিদগী হেঃ মধুসূদন ননাইবু কনবীযু ।৪॥

"গ" গতাগতেন শ্রান্তোহহং দীর্ঘসংসারবর্ত্মসু।
যেন ভূয়ো নগচ্ছামি ত্রাহিমাং মধুসূদন ॥৫॥

হেঃ মধুসূদন! সংসারগী পোকপ শিবগী অশাড্ব লম্বীসিদ হয় হয় চংপদ চোকথরব ননায়নী, মসিদ অমুক হয় চত্তনব ননাইবু কনবীয়ু ॥৫॥

"ব" বহবোঽপি ময়া দৃষ্টাঃ যোনিদ্বার পৃথক পৃথক।
গর্ত্তবাসে মহদ্দুঃখং ত্রাহিমাং মধুসুদন ॥৬॥

তোঙান তোঙানব মশীং লাকঙমত্রব পোক্কম থোং ময়াম উজরে, গর্ত্ত মমুংগী য়োন রাবম্ থঙজরে মসিদগী ননাইবু কনবীয়ু হেঃ মধুসূদন ॥৬॥

মতাং অসিদ শন্দোকপ রাফম থর পীজরিঃ—

"চৌরাশী লক্ষ যোনি ভ্রমন"
স্থাবর ত্রিংশল্লক্ষশ্চ জলর্যো নবলক্ষকঃ।
কৃমিয়ো দশলক্ষশ্চ রুদ্রলক্ষশ্চ পক্ষিনৌ ॥
পশবো বিংশলক্ষশ্চ চতুর্লক্ষন্তু মানবা ॥
এতেষু ভ্রমণং কৃত্বা ভ্রদ্বিজত্ব মুপজায়তে ॥
মনুষ্য দুর্ল্লভং জন্মং যদিস্যাৎ কৃষ্ণ সাধকঃ ॥

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে দশম স্কন্ধে প্রথম অধ্যায়ে শুকদেব পরীক্ষিদুক্তঃ নিবর্ত্ত্যত স্বৈরূপ গীয়মানদিতি শ্লোকস্থ ব্যখ্যা গোস্বামী নোক্তং। কিঞ্চ শ্রীশ্রীচৈতন্ত চরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে শ্রীরূপ প্রতি প্রভু বাক্যম উনবিংশ পরিচ্ছেদ।

স্থাবন্দ হা বর্দি উ নানচিংব লৈপাক্ক হৌবগী মপোক লখা বৃক্ষ। অমা মথংদ ঈশিংদ লৈব জীবশিংগী মপোক লখা মাপল অমু মথংদ তীলগী জাত্ত মপোক লখা তরা অম মথংদ উচেক্কী জাত্ত মপোক লখা তরামাথোই অম মথংদ মখোং মরি পানব মুমশা লমশানচিংব মপোক লখা কুম অম। মথংদ মীওইবগী মপোক লখা মরি অম অস্তুম মপোক লখা মরিফুমরি চংলিব জীবনি। মহাজ্ঞানী শিংন তাকপিরম্বদি, মপোক লখা মরিফু হেক শুবদ ষণ ওইন পোকই ষণগী মপোক হেক লোইবগ মীওইবগী মপোক তাসি লাকই হায়নৈ। অসিগুম্ব অমুক তাংখ্রব হায়রদি রানা তাজ্জলক্কব মীওইবগী মপোক ফংলিঙৈসিদ ভক্তিমার্গদ চংশিন্দুন শ্রীকৃষ্ণ চরণ ফংনব তালহৌবন হেন্ন ফগনি।। মমা লখা মরিফুমরিগী মপোক লৈ হায়ব রাফমসি শ্রীমদ্ভাগতকী তরাশুব স্কন্দগী অহানব অধ্যায়দ শ্রীশুকদেব গোষামীন পরিক্ষিতকী মফমদ তাকপিখিব মথক্কী শ্লোকী ব্যাখ্যা অমন শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মধ্যাইগী খণ্ডদ শ্রীরূপ গোষামীগী মফমদ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুন তাকপিখিব ১৯শুব পরিচ্ছেদক শ্লোক সংক্কা ১৩৯।১৪০ গী ব্যাখ্যাদ য়াওরি।

"তে" তেন দেব প্রপন্নোঽস্মি নারায়ণ: পরায়ণ:।
জগত্, সংসার মোক্ষার্থিং প্রাহিনাং মধুসূদন ॥৭।

মরম অহুন হে: দেব নারায়ন! ইবুঙো নঙ্গ অখোইব চঙ্জক্লামি জগৎ সংসারগী অপুনবদগী নাহোকচব অহুজাদি পীনবিয়ু হে: মধুসূদন ॥৭॥

"বা" বাঁচয়ামি যথোৎপন্নং প্রণমামি তবাগ্রতঃ।
জরা মরণভীতোহস্মি ত্র হিমাং মধুসূদন॥৮॥

হেঃ ইবুঙো হয়ৎয় পোকপ শিব অমসুং অরাব অসিতবু কিজবদগী মঙ্গী নককদ ইকোক নোম্দুন হায়জরি হেঃ মধুসূদন মহুদগী ননাইবু কনবীয়ু॥৮।

"সু" সুকৃতং নকৃতং কিঞ্চিৎদুস্কৃতঞ্চ কৃতংময়া।
সংসারে পাপ পঙ্কেহস্মিন ত্রাহিমাং মধুসূদন॥৯॥

অফব হায়বতু থজিক্ক ফাওব তৌজব্রব ফত্তবত তৌহুনা সংসারগী পাপকী লৈখোমদ পুথরব ননাইবু মসিদগী অমুক্ত কনবীয়ু হেঃ মধুসূদন॥৯॥

"দে" দেহান্তর সহস্রণাম ন্যোনঞ্চ কৃতং ময়া।
কর্ত্তৃত্বঞ্চ মনুর্ষ্যাণাং ত্রাহিমাং মধুসূদন॥১০॥

তোঙান তোঙানবা মপোক লিশিং কয়া কয়াদ শকলোন হোংন হোংন ঐন পোকলুরে। শোকপ শিব কৌব অসিদগী হেঃ মধুসূদন ননাইবু কনবীয়॥১০।

"বা" বাক্যেন প্রতিজ্ঞাতং কর্ম্মনা নোপপাদিতং।
সোহংদেব দুরাচার ত্রাহিমাং মধুসুদণ। ১১॥

নয়াথংন খঙ্হনবিরব ফাওবদ কর্ম্ম ফত্তবন গয়ন ওইহুন নয়াথং পাঙ্থোকচব ঙমজত্রব লমচৎ ফত্রব'হু ননাইনি হেঃ মধুসূদন মহুদগী ননাইবু কনবিয়ু॥১১॥

"য়" যত্রো যত্রোহি জাতোহস্মি স্ত্রীযুবা পুরুষে যুবা।
তত্র তত্রাচলা ভক্তি র্হিমাং মধুসূদন ॥১২॥

সুলী. ওইন লুপা ওইন পোকলু পোকজুব মফম অতুদ ইবুঙো নংগী.
নফমদা লেঙদব ভক্তি লৈব অতুতদি পীনবিয়ু হেঃ মধুসূদন।।১২॥

দ্বাদশাক্ষর মহাত্ম্যাং যঃ পঠেৎ বিষ্ণু সন্নিধৌ।
কোটি জন্মকৃতং পাপং পঠনা দেব নস্যতি ॥

অসিগুম্ব মযেক তরানিথোইনা শাবং ভগবানগী মতীক মগুণ অসিবু মী মহাক অতুন শ্রীবিষ্ণুগী মাঙদ পাঠ তৌজরবদি মপোক কোটি অমদ তৌখ্রব পাপ পুম্ব পাঠ তৌরিব খুদক অতুদ লোইন মাঙখি।
ইতি—

মতাং অসিদ দ্বাদশাক্ষর মন্ত্র ভজন তৌবগী
মহাত্ম্য অসিদ লোইজরে।

---

# বৃন্দাদেবী উৎপত্তি

তথাহি কালিকা পুরাণে :—

চণ্ডমুণ্ড বিনাশনাৎ পৃথিবী [illegible] ।
কালি ধন্য পরিশ্রান্তং [illegible] [illegible] [illegible] ॥
কালিন্দি সতি বিন্যাস্তং দেব ভৈরবী দুর্গভং ।
তস্মিন্নিতং জল দানাৎ প্রবৃত্তি [illegible] [illegible] ॥

পয়ার ভাষা :—

চণ্ড মুণ্ড বধ করি কালি রূপ ধরি ।
বিশ্রাম করিলা বনে হৈয়া একেশ্বরি ॥
পদভরে বসুমতি যাবে রসাতলে ।
হেন কালে মুণ্ড আছি তথা করি রণে ॥
বধিলেক বনে শব্দ কম্পে দেবগণে ॥
কালি অঙ্গশ্রম জল পড়িনু ধরনি ।
আমৃত কালিন্দি কুণ্ড হইনু তখনি ॥
মুণ্ড বধ করি কালি শিব বুকে স্থির ।
কালি জল প্রণালিব রাখিলা শরির ॥
কালি পদভরে শিব রসাতলে যাইয় ।
বীজরূপে বৃন্দা ছিল শঙ্করের জটায় ॥

যখনে কালির পদতলে ছিল হরে ।
তখনে ছুটিল জটা ধরণি উপরে ॥
চৌবাশি ক্রোশের মানে ছুটাইল জটা ।
সেইকালে ধরণিতে পড়ে বীজ গোটা ॥
অচম্বিতে সেই বীজ হইলেন বৃক্ষ ।
বলিতে নারিনু কেই দেবের অশক্য ॥
বৃক্ষ মূলে পূজা করে যত দেবগণ ।
মূর্ত্তিমন্ত মন্ত্র হইয়া বৃন্দা দিল দরশন ॥
দরশনে দেবগণ সন্তুষ্ট হইল ।
বৃন্দাবন নাম রাখিলা সবেই গেল ॥
বৃন্দাদেবী কালিন্দিতে করিস্নান দান ।
রহিলা গোবিন্দ লীলা করিয়া ধিয়ান ॥
এইমতে পৃথিবীতে বৃন্দাবন ধ্যান ।
জানিহ তুলসী বৃক্ষ কেবল কারুণ্য ॥
যেখানে তুলসী বৃক্ষ তথা বৃন্দাবন ।
সর্ব্ব তীর্থ পরে সেই করে সেবন ॥
মূলেতে জাহ্নবী সদা সঙ্গে দেবগণ ।
পত্র বুদ্ধি না করিহ পত্রে নারায়ণী ॥
কালিন্দিতে স্নান করি সতী বৃন্দা দেবী ।
আপনে হইল ধন্য পরম বৈষ্ণবী ।
দ্বীজ জনার্দ্দন কহে প্রেম তদঙ্গীনি ॥

ভাষা অর্থ পয়ার ঃ—

চণ্ড মুণ্ড হাৎঙৈদ কালি শকফম লৌহুন।
ইবেম্মন পোৎথাখি খোনহুদ হুণ্ডাইন ॥
খোংমী অরূম্বন পৃথ্বি নমথখি রসাতলদ।
মুণ্ড লাকখি কয় লান শোঁরুখি মতমদো ॥
লাইশিং নিরুখি তাবদ মুণ্ড হাৎপ মখোল।
হকচাং হুমাং তাখি পৃথ্বিদ মুণ্ড হাৎপদ কালি ॥
কালি হুমাংন ওইখিবগী কৌনখি কালিন্দি।
অমৃত তুণ্ড্ ফম কুণ্ড ওইখি মফমদো ॥
পোখাখি কালি মহাদেবগী থবাক্ত নেৎতুন।
কালি হুমা' থমখি মহাদেবন হকচাংদ।
কালি অরূম্বন চংখি মহাদেব রসাতলদ ॥
মরূওইন লৈরমই বৃন্দা শিবগী জটাদ।
মহাদেষন লৈরিঙৈ কালিগী খোং মখাদ ॥
জটাদো শনদোকখি লৈমাইথক্ত পাক্ন ॥
মরূশিং তাখি মতমতু লৈমাইদ শন্ন।
পাম্বী ওইখি মতমদো মরূশিং থঙ্হৌদন ॥
অঙকপ লাইগী নোংদম্ব থঙ্গনি কমান।
পাম্বীশিংগী মখোঙ্দ পূজা তৌখি লাইশিংন ॥
বৃন্দা মূর্ত্তি লৌহুন উইনখি লাইয়াম্বু থঙহন্ন।
মপুক্কিং পেয়খি মাবু উবদ লাংশিংন ॥

মবম অতুদগী কৌখি মফমতু বৃন্দাবন ।
বৃন্দা দেবী স্নান দান তৌখি কালিন্দিদ তত্তুন ॥
গোবিন্দ লীলা শান্নখি তত্তুন মফমদো ।
অস্তুম ভৌন বৃন্দাবন হায়নখি পৃথিদ।
তুলসী পাম্বী খৌজালহৈবী পাপকোক্লবীনি ।
তুলসীন হৌরিব মফমদো বৃন্দাবননি ।।
তীর্থ খূদিং সেবা ভৌন লৈ মখোঙ্‌দ তত্তুন ।
গঙ্গা লৈ মখোঙ্‌দ মাইশিং লোয়নন তত্তুন ।।
নাবায়নীগী মশক নি মনানি খনফাদ ।
স্নান তৌখি বৃন্দাসতী তত্তুন কালিন্দিদ ।।
পূণ্য চেনবী বৈষ্ণবী ওইখিদো মহাকন ।
দ্বীজ জনার্দ্দনন লেংজৈ প্রেমতরঙ্গীনি ।।

য়েংসিনবিগদব ঃ—

মখাগী শ্লোকশিং অসিদি মন্ত্রভাক ওইব মরম্ন শন্দোকপ অর্থ পীজত্রে ।।

## বৃন্দাষোড়শনাম মহাত্ম্য

তথাহি নারদ পঞ্চরাত্রে ঃ—

বৃন্দাবণ্য প্রিয়া বৃন্দা বৃন্দাবন বিলাসিনী ।
বিলাসিনী বৈষ্ণবী চ ব্রহ্মলোক প্রতিষ্ঠিতা ।।
রাধা ষোড়শনাম্নশ্চ বৃন্দানাম শ্রুতৌ শ্রুতম ।
তস্যা ক্রীড়াবনং রম্যং তেন বৃন্দাবনং স্মৃতম্‌ ।

ষোড়শনাম যথা ঃ—

তুলসী শ্রীমহালক্ষ্মী বিদ্যা বিদ্যা যশস্বিনী ।
ধর্ম্ম্যাধর্ম্ম্যাননা বৃন্দা দেব দেবমনঃ প্রিয়া ।।
লক্ষ্মী প্রিয়সখী দেবী দ্যৌর্ভূমিরচলা চলা ।
ষোড়শৈতানি নামানি তুলস্যা কীর্ত্তয়েন্নরঃ ।।
লভতে সুতরাং ভক্তিমন্তে বিষ্ণুপদং তথা ।
তুলসীর্ভূর্মহালক্ষ্মী পদ্মিনী শ্রীহরিপ্রিয়া ।।
তুলসী শ্রীসখিশুভে পাপহারিনী পূণ্যদে .
নমস্তে নারদনুতে নারায়ণ মনঃ প্রিয়ে ।।

তুলসী জাগরণ মন্ত্র ঃ—

উত্তিষ্টং তুলসী দেবী গাত্রোত্থানং কুরু যথা ।
অরুণোদয় প্রাতঃ শ্রীচরণে প্রণমাম্যহম্ ।।

তুলসী প্রদক্ষিণ মন্ত্র ঃ—

যানি কানি চ পাপানি ব্রহ্মহত্যাদিকানি চ ।
স্বং সর্ব্বং বিলয়ং যাতি তুলসী ত্বং প্রদক্ষিণাৎ ।।

তুলসী মূল লেপন মন্ত্র ঃ—

তুলসী নিপয়তে গঙ্গা স্থানে মেকং বারাণসী ।
সেবনে পঞ্চতীর্থানি তুলসীভ্যাং নমো নমঃ ।।
তুলসী ত্বং সদাভক্তা সর্ব্বতীর্থং ফলং ভবেৎ ।
লেপণাৎ তব মূলঃ সর্ব্ব পাপৈ প্রমুচ্যতে ।।
তন্মূলে সর্ব্ব তীর্থানি তৎ পত্রে সর্ব্ব দেবতা ।
তদগ্রে সর্ব্বপুণ্যানি কৃষ্ণ ভক্তি প্রদায়িনীং ।।

তুলসী স্নান মন্ত্র :—

গোবিন্দ বল্লভাং দেবী ভক্ত চৈতন্যকারিণীং।
স্নাপয়ামি জগদ্ধাত্রীং কৃষ্ণ ভক্তি-প্রদায়িনীং ॥

অথবা

গোবিন্দং বল্লভা দেবী ভক্ত চৈতন্য কারিণীং।
স্নাপয়ামি জগদ্ধাত্রী কৃষ্ণভক্তি প্রদায়িনীং ॥

তুলসী চয়ন মন্ত্র :—

তুলস্যামৃত জন্মাসি সদা ত্বং কেশব প্রিয়া।
কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে ॥
ত্বদঙ্গ সম্ভবৈঃ পত্রৈঃ পূজয়ামি যথা হরিং।
তথা কুরু পবিত্রাঙ্গি কলৌমল বিনাশিনী ॥
চয়নোদ্ভব দুঃখাস্তে যদ্দেবী ! হৃদি বর্ত্ততে।
তৎক্ষমস্ব জগন্মাত তুলসী নমাম্যহম্ ॥

তুলসী স্তুতি :—

মহাপ্রসাদ জননী সর্ব্ব সৌভাগ্য বর্দ্ধিনী।
আধি ব্যাধি হরি নিত্যং তুলসী ত্বং নমোহস্তুতে ॥

তুলসী ধ্যান :—

তুলসী সর্ব্ববৃক্ষানাং মহাপাতক নাশিনী।
স্বর্গা পবর্গদে দেবী বৈষ্ণবানং প্রিয়ে সদা ॥
সত্যে সত্যবতী চৈব ত্রেতায়াং মানবী তথা।
দ্বাপরে অবতীর্ণাসি বৃন্দা ত্বং তুলসী কলৌ ॥

# তুলসী আরতি

নমো নমঃ তুলসী শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী।
রাধাকৃষ্ণ পদপাব এই অভিলাষী ॥
যে তোমার শরণলয় তার বাঞ্ছাপূর্ণ হয়,
কৃপা করি কর তারে বৃন্দাবন বাসী।
মোর মনে এই অভিলাষ, বিলাস কুঞ্জে করব বাস।
নয়ণে হেরিব সদা যুগল রূপ রাশি ॥
এই নিবেদন ধর সখীর অনুগা কর,
সেবা অধিকার দিয়ে কর নিজ দাসী
দীন কৃষ্ণদাস কয়, এই যেন মোর হয়,
শ্রীরাধা গোবিন্দ প্রেমে সদা যেন ভাসি।

সম্পূর্ণ—লোইজরে।